# শিংশিংজবা

ঐখোয়গী লৈবাক্তা থাগৎনিংঙাই মশক ওইরবা অকাওবা ওঝা কয়াগী…সুমিৎ থানা লৈরিমখৈ মুৎপা নাইরবোইদবা নীংথিজরবা লৈরাং কয়া মৈতৈ লৈমা ইমাগী পাক চাউরবা লৈকোল পুংনা থাবিরমলে। খোয়ুম লক্তা তিনপ্রব। অমদি তোঙ্গিকমক মীয়মলেন্দা লৈবিরিবা ওঝাশিংগী মতিক ময়াই চাউরবা লৈরাংশিংগী লৈনম তাবদা পঙলবা নারাগী থামোয়না থাঙবা চম-জদ্রুনা ওঝাশিংগী খন্দোকথাক ওইনা তাদুনা লৈরবা পংলবা নারাগী থম্মোয় লৈরাংনা শেরেংজবা মতিক চাত্রবা "লমজা ঋবি" হায়বা লিলা অংস পঙজবনা অথোইবদি হৈজদা পামজবনা থিংবা চমজদনা লৈরাংজবনি খনাবদুবা পাবিরিবা ইচিল ইনাওশিংবা অশোয় অতাম য়াওরবা তাকপিবগা লোয়ননা পাবিরিশিংনা অক্ক-কত্তঃ তাখোক তাশিন তৌবিররবদি এগী য়াইকবনি হায়না থঙ্গুনা এনা হয়াও হয়াওনা লৌজগনি, অদুগা তাকপিয়কপা মতু ইয়া মপংগী থুংনমদা চুমখোকচগনি, অশোয়বগীদমক্তা এবু তাকপিগনি।

অইবা।

# "কচ্চবা"

পলেম ইমা অপোকপী
লোইবী নাপোমদা শাৎলম্বী
ইঙেল্লে কোবী লৈরাংগুম
তাইবং পুন্সি লোম্লমদনা
মালেমগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা
নোংদম থীরবা নচাশিংবু
কায়না মিৎয়েংনা খৈবিরম্লগা
পুন্সি য়াহিপ তান্দুনা
খোয়ুমলক্তা তিনথ্রবী
পলেমও নঙবু নুংশিবী
লাইর নপারী ওইবনা
কচ্চবা ওমজদে কারিস্তু
তোল্লবৈ মিৎলুই পিরাংনা
লৈরাংজবা মঙলানগী লৈরাং
নচাই "লমজা অনি" কোবসে
কচ্চরি পলেমগী খুয়াদা

তোল্লবা নচা

# লিরাদা চংবা মী

## নিপা

সুবোল —মণিগী মপা চহি ৫০ ( পাত্রা )

কালা —চহি ৬৫গী অহল

তোমাল —লমচৎ চুমদবা চহি ৪৪গী পাখং ( মাইবা )

ব্রজ —লাইরবাপাখং চহি ২৫

বীহারি —ব্রজগী মরুপ ইনাক খুনবা

ওজিৎ —লমচৎ চুমদবা লমহেনবা পাখং চহি ২০

প্রতাপ —ওজিৎকী মরুপ

লৈকাইগী মী খরা ১সুং চাক্লিবা অমা

## নূপী

জমুনা —ব্রজগী মনে লুপ্রাবী লমচৎ চুবদবী চহি ৩৮ শুরবী

মণি —সুবোলগী মচা লৈশাবী চহি ১৮

রূপা —ব্রজগী মচন চহি ১৫ শুরবী লাঙ্গদবী

# "লমজা অনি"

---

## অহানবা উৎপা লম্ফী

( ওজিৎ, প্রতাপ চঙলকপা )

প্রতাপ— থাদোকলো, থাদোকলো মণিগী রাখল অদু কাম্ররোই ভাই।

ওজিৎ— কর ভোররগে, ভাইনা ঙসি, মাবু থাদোকলো হায়রিবা অসিবু ?

প্রতাপ— মখোয়গী পুখ্রি মপানগী, অশোঙবা ভোমান মখোঙদা, ব্রজপা মণিপা লৈরম্বা অদুদি, ব'-বা কর অমুক হায়গনি ভাই……ঐনা উবগী মচত্তা ঙ ইনা উরমলবদি………।

ওজিৎ— অদুদা করি ভোরবা ?

প্রতাপ— করিবুদি ভোগনি ? থবক মওংদবু হায়জবনি থোদোক অদু মণিগা ভাইগা লৈমিন্নরম্বা, ওইরম্লবদি হরাওবনা ঐ ইথত্তা রাম্ব্রমগদবনি, অদুবু………।

ওজিৎ— ভাই। ব্রজগী অদু য়োনা রাংলবা হুশিবগী থাক অদুদগী চিংথরগা নমদুনা মণিবু লৌগে মদুডদা ওজিৎকী ইঙ্গুণ থঙগদবনি।

প্রতাপ— মদুনু ঐদি………… ( মকোক হোৎপা )।

ওজিৎ— হেয়', ভাই শ্রীরামনা রাবন বোধ তৌরপা সন্তী সিডাবু লৌখি, অদুগা উত্তর কাছার শ্রীহট্ট জিলাদা লিলাম্বর চক্রবর্ত্তিনা জগনাথ মিশ্রর পোকখিবগী রা লৈ, এনা মাবু পামই, হুংশি, মহাক লৈশাবীনি করি বেরা লৈ ?

প্রতাপ— ভাইনবু য়ারবদি পুম্নমক অকবনি।

ওজিৎ— হৌজিক মখোয় অনিগী মরী অসি থদৎলপা মণিবু লেমনা লৌবা য়াগনি, ফজবা মগুংসু মপামই ভাই।

প্রতাপ— মাহুসু ওইথোকপা য়াবা য়ানি. ভাইগী শেলদি থরা তিংবা ভাই।

ওজিৎ— তিংজসনু শেলগী বেরা লৈতে।

প্রতাপ— ঙসি মখোয় অনিগী অচৌবা প্রোগ্রাম অমা লৈ। মসিমক কায়নবা শীনবা তারে।

ওজিৎ— করি প্রোগ্রামনো ?

প্রতাপ— মখোয় অনি গুমিদাং হায়রিবা মকম অসিদা শোয়দনা উনগনি, "ইন্টরভিউ" নি ভাই।

ওজিৎ— পুথ্রি মপানগী অচিকপা মফমদা গুমিদাং.......... ।

প্রতাপ— মাগি, মহুমক তাজা য়েংহনা হোৎনরগা, মখোয়না হনজিনকপা মতমদা ব্রজবু অরাবা পীবা ওমলবদি শোয়দনা মখোয় অনি কায়নরগনি।

ওজিৎ— অদুদি মহু শোয়দনবা হোৎনকরশি (চৎখিব)।

( তোমাল, জমুনা বারি শাহনা চঙলকপা )

তোমাল— ঐথোয়গী ইংখোলদা ওইরবসু ব্রজগীদবু ওইরবসু য়ুম অমদি শাদবা য়াজবনি।

জমুনা— অদুবুদি ঐস্থ থম্লিবনি, লোক অমদা কৈ অনি কুনবা খোক্কনবা শীল'হৌরবদি অমম্ভ অমম্ভ কায়ভ্রে। অদুননি ঐনা লৱাইগী ইথোল য়োংগে হায়'রিবসি।

তোমাল— মৈতোন্দ লৈথ্রিবা শেল অসিন হেক পীথিরক্রবদি করিগ্য কৈথেব থবকনি, অদুবু লৈ হ'রগদু মঙাইরে। শেল ওটনা থ'ব' য়াদব অসিনা ঐগ্র ঙ'ওরবনি।

জমুনা— অদু'দ হসি মঙানি গুবা মুমিংতা লাকনি। ইথোল অসি খোক য়ে'ঙ্খোকপ্রগা লোইরে।

তোমাল— অপুবনীদমক অদুম শীন্নরসি অদুগা ঐগী শেল লাক্লগা লৌ শঙম অ'মুক লেপ্পা হ'য়'দু ঙাইরে। অদুদি ঐ মাইবনগী অনাবহ্ন অমুক্তা য়োক্লখিগে।

জমুন— কপ ন ঐস্থ চঙজগৌরগে।

তোমাল— করে চঙথরে (অনিনক নাকল অমমদা চঙখিব). রূপা ঈশিং শোকলুবা হল্লকপদা বৌহারৌনা একাগাড়ৌনা মমাঙদা কৈদুনা থৎলি অনিমক য়েংমিন্নরগা নে'কদিন্নে)।

রূপা— লখৌ অদ্রক পাকপসিদদি লে'প্লদনা মৌগী মমাঙদা লম্লি- রিবসিবু করিগনো?

বৌহারৌ— লখৌ থৎলিবনে।

রূপা— লখৌ থৎলবদি কদোমদা চৎকনি?

বৌহারৌ— ঐখোঙ্গয়োমদা চৎপা তারেদনা।

রূপ— মাশী কাগি অসি তোরক অ'দৌনি (নোকাকেং তৌবা)

বীহারী— কাপি নত্তে রুপা, নঙস্থ খন্দুনা য়েংউ, চহি কয়াগী মমাঙদগী তিন্নরকলবা মরুপনি অদুবু মমাঙথৈদা এনা নঙবু খল্লম্বা রাখলগা হৌজিক্কা মাম্নদরে, ঐগী রাখল হোংলে হায়বসি নঙস্থু খঙলিনি।

রুপা— মতমগী মতু ইন্না হোংখিবনি, রাখলদু হোংলগ করি তৌরগে ?

বীহারী— লুনা তিন্নবা মরুপকী মফমদা মীনম্ব, ছরানব কান্‌চং চৎলি, মসি নঙবু মুংশিরুবদগীনি।

রুপা— অপঙবীবু লমজিংবিরগ, মরুপকী য়েংদুনা লম্‌খাদা থাদোকপিরম্লগা পম্মুফম খঙদনা কঙাওনহল্লগেরা ?

বীহারী— নত্তে, রুপা নঙগী রাখল অদু .... ...।

রুপা— ঐগী রাখল অসি অচুম্বনি, পাগল শোনবী অপঙবীবু অমাবা পীবদি মুপাশিংগী মহৌশানি।

(রাখল লায়না খন্দুনা মরু লুকখতুনা থৈখিবা)

বীহারী—নঙনা ঐবু শাওহনগদোরিবরা ?

রুপা— মদুস্থু ঐগী ইতিক লৈজদে।

বীহারী— অদুদি..... এনা নীংবা মতুং ইন্না হৌজিক ?

রুপা— ঐগীদি হৈরাইবক যবনি অদুবু ভাচৌনা ময়ুম পান্দ্রিবৈদদি রাশক কায়বা থোকলোইদরা ?

বীহারী— রাশক অদু কায়রশনু (গাড়ীদা হাপকে ভোবা)

রুপা— ( হয়া য়েংবা ) ইনে লাক্লে ( অনিমক ক্বিভম হোংবা ) ঐগী থম্মোই অরেপ্পনি ঐবু থাজবিয়ু, চঙজ্রগে ( চঙ-খিবা, মীহায়ী মুয়া য়েংহুনা লৈহোই )।

লাইট ওফ

---

## অনিশুবা উপা

স্থবলগী য়ুম, মাঙ্গোল

তুমিদাং পুং ৮ তারমদাই

ওজিৎ, প্রতাপ মাঙ্গোলদা চঙহুনা

তুমিন্না ইমুংগী মৎং য়েংলিউদা ব্রজ

থোঙ্গালদা লাকপা উরহুনা প্রতাপনা

ওজিৎতা হায়রকই।

প্রতাপ— ভাই লাকলে, ঐখোয়বু উহল্লগুমশি অহুগা মখোয় মাঙনবতদি শীল্লশি।

ওজিৎ— করি করম তৌবা তাই ?

প্রতাপ— ঐ লোইনবা শীনগে, য়ৌশিল্লকলে ঐখোয় অরাং শঙ্গোইদা লোত্তুনা লৈশি ( ২ মক চঙখিবা )

ব্রজ— ( চঙলকলগা তুমিন্না কোইয়েং য়েংলগা থোঙজিন ময়াদা চঙহুনা মনিবু য়েংই, মনি খোকলকই, মপা ওইরবোই নীংহুনা চেনগে তৌবদা মনিনা মথুৎ কায়, হয়া য়েংবদা হাইথেৎ ইকাইবা )

মনি— নিপা মানদ্রেদা— ।

ব্রজ— অহল লৈতবা ইমুংসু নত্তনা, অহল ওইরম্লবদি কমদৌনি ? করিগীনো অম্লক থেংনা ?

মনি— পাজি তূম্বা ঙাইরিবনে ।

ব্রজ— অদুদি ( অনিমক নোকমিন্নবা মথোন থোক্তনা, অনিমক পূন্না মপান থোকখিবগা, ওজিৎ প্রতাপ চঙলকই মথোয়গী মাইকৈদা মুন্না য়েংই, ওজিৎ ইকাই মুংশি য়াম্নবা শাউই )

প্রতাপ — অনিগী কুম্মৈ মুন্না য়েংবিয়ু অদুগা মনিবু মুংশিবিয়ু । ( প্রতাপ থোঙময়া মরক-মরক্তা য়েংই )

ওজিৎ— মথোয়গী য়ারাসিদি য়ামনা মুংশিরবা জাৎনিনা ।

প্রতাপ— য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু পাউ ভম্বদি খাজরোই, খরা মুন্না য়েংবিয়ু ।

ওজিৎ— ভাই ঐ য়েংবা ঙমলক্লরে মথোয়সি কা য়াম্না হেনলক্লদৌরি ।

প্রতাপ— ময়েংবিয়ু, কোল তারক্লগনি ।

ওজিৎ—( মমাই খুম্বা ) ইশ ( মথুৎ থাদোক্তনা য়েংবা ) ভাই মী হাৎকে ( খাঙ শৎপা ) হাৎলগা পেনগনি ।

প্রতাপ— ( ওজিৎকী মথুৎকাবা ) ভাব তাউনে ভাই, মী হাৎপা য়াদেনে ।

ওজিৎ— হাৎকদবনি, মসি ফাওবদা য়েংদুনা লৈবা ঐ ঙমলরোই ।

প্রতাপ— মী হাৎপগী দণ্ডি ফার্সি কাউরোইদবনি, মদুগী মহুত্তা খুদক্তা মাবু জেলদা পীগদবনি, অদুগা ভাইনা মনিবু ওইহন্নিংবা মঙং ওইহনবা য়াগদবনি ।

ওঁজং— করমনা ?

প্রতাপ—মখোয়না মুংঙাইরিদৈদা এখোয়না ইমুংগী পোৎ লোইনা হুরানবা, মখোয়না চঙলকপদা মীগী ইমুংদা হুরানবা চঙবগী জেল।

ওজিৎ— অদুদি থিললে ভাই। (মখোয় অনিনা ইমুংগী পোৎ লোবা য়াবা লোরবা মতুংদা নাথৈদুনা লৈবা, ভাইংহাক লৈরগা ব্রজনা মনিবু থিললকই, মনিনা ইমুং চঙখিবগা মপানা হুরানবা চঙলে হায়দুনা লাউরকই ব্রজ তিঙক মাইঙকননা চৎফম খঙদুনা ভাইংহাক লেপতুনা লৈ)

সুবল— নুপীমচা, নুপীমচা।

মনি— পাজি।

সুবল— মৈ থ জংলু ইমুংদা হুরানবা চঙলমাল্লে, উপু য়েংউ।

মনি— ফি রোল অমত্তা লৈত্রে, পাজি বাকসিস্থ (অনি পুন্না) লৈকাই ২ হুরানবা চঙলে, হুরানবা থৎলো, (ব্রজ চেনখিবা) ফারো হুরানব ফারো (লৈকাইনা) কদোমদনো কনাগীনো হুরানবা, থৎলো পুমনিল নিললরে (সুবলগী মাঙ্গোলদা লৈকাই মীয়াম তিল্লে মনিস্থ মপান্দা লৈরে।

সুবল— ইশ্, মাঙলেদনা তৌরিবা অসিদি অচাং অসিগী দমক্তা থরা থরা তুঙাশিনজবা পুম্নমক লোইনা পুথরে, করম তৌগনি।

কালা— শগুন থোঙদি কদোমদা হুৎলি মথারা-অরাংলা চাকথুম কদা হুৎপরা ?

মনি— ( কপনা ) ইপল, মমাঙ থোঙদা চঙবনি, ঐগী ফি-রোল লোইনা পুথরে, ইশাদা পকপা নত্তনা সনা অতৈস্ম লোইনা পুথরে, ওস্থোকনা ফত্তেদকো হুরানবা, ঐনা লান্দবা ওইরবদি ঐগী পোৎ হুবা নখোয়দদি মীথুৎতা শিয়ুকো হুরানবা। (কপ্পা)

কালা— চফু উয়ানদি, চাক-কা চাখিবরা য়েঁউ

মনি— ( ইমুং চঙলুরগা থোকলকপা ) চাকথুমদি চঙলমদে ইপল।

কালা— অত্রদি হূরানবা অনৌবনি, নৈকাই অসিদা নপা-মচাবু মুংশিদবা মী… …. … থরনা হুবা ওইরমগনি, মমিং চৎপা হুরানবা নত্তে। ( মমুংদগী হূরানবা কারে ২ হায়না ওজিৎ প্রতাপ অনিনা ব্রজবু পুশিল্লকপা উবদা মনিনা মূনা য়েংলগা মরু লূকথখি )

ওজিৎ— ব্রজ ভাই, ঙসিদি ঐখোয়বু রারোবা য়াদেদো। পোৎ-চৈদি কদাইদা থনমই ?

ব্রজ— ওজিং মখোয় অনি শুই হায়দুনা নাতৈ চাদবা রাদি ঙাঙদবা কৈ। (রুম অসিদা নৈরম্বা মীশিংনা ঙকনা য়েংই)

ওজিৎ— ঙাংদবা য়াদবনিনে ব্রজ বাবু, ইমুং অসিদা কোইরাও লাওনরে অদুগা বাবুনা অথেংবদা চেনলকলিবগী মরম আঃ মদুগী মহুত্তা ইমাম্নবনি নশা নহানি পোৎ-চৈ অদু পুথোক্লগা মীয়াম খঙত্রিদৈঙদা লোইশিন্নবা হোৎনবা কৈ, খোইনা নাপল তৌবিগনু ইমুং অসিদা হায়জনবা তৌসিং মসিনা ফংলোইদরমে বাবু ?

ব্রজ— ( শাউদ্ম ) ওজিং·· ··········· ··· ।

প্রতাপ— রা মথা তাবিগনু ভাই, অদুম্না ওাংবা হৌনবরা ইমান্নবা মশেলনি. ওাংনব্না হংনবা তারবসু লৈকাই অহল মুমু লৈরি করি কান্নগদগে ?

সুবল— ব্রজ·········· ( মুম্না যেংবা )

কালা— ইবুংঙো ইচানা শাউবা চুমই. নোংমতা অরানবা থবক তৌজদবা ইচানি. অদুবু ওসিদি নঙগী মরুপ অনিনা ইচাদা কম্না থাজে অদুগা ইমুং অসিসু মাঙবা হৌনবা পোৎ মাঙলে মসিদা থুবিশোই তৌবা ঐথোম্নবা অচুম অরান থিবা ওমত্রে তঙাইফদনা থানা য়োকা তারে, মসিদা ইচান হায়নিংবা করি লৈরি ?

ব্রজ— ( তুমিন্না থুমদনা লৈ মথন্তগী রাখল ) ঐগী ইরাইবক্না থোক্লবা—মসিংগী কন্নবগীদমক সুপামচা অসিবু চোপ-হনববুদি ঐনা জেন্দা লৈখিবনা কৈ, অচুম-অরান ঈশ্বরনা খঙবিরমগনি। ( কোংনা ) থুরা ইবুংঙো··········।

সুবল— হায়গ্ন··············হুরানবা নত্তে অসিরা ?

ব্রজ— মান্নি·· তশেংবমক ঐ হুরানবা নত্তে, পোকপদগী মীগী মপোৎ শোকলক্কে, রাকম অসি অমম্ অঙান খায়-বিরিবা মহাক্তদি মুম্না খঙবিরমগনি, অদুবু ইমুং অসিদি ঐগী তুঙনকমনি ওসি ইমুং অসিগী পোৎ হুরামখরে, ঐবু অথেংবদা পুকচেল চাউবা অনিনা ফারে, ঐনা থেংনা চৎলুবগী মরম পীবা ওমদকনা ঐ হুরানবনি ঐবু জেলদা পীবিয়ু ॥

ওজিৎ— লেমনা চওবস্থ জেলগী জেল অঙ্কানি।

প্রতাপ— কনবা খন্নবদা য়াত্রবদি, আইনগী মতেং লোবা মখানা তাবনি, খোইনা খন্ননিংঙাই লৈতে। ( ব্রজনা খা-ন য়েংবা)

স্থবল— ( থস্মোয় শোক্না ) ব্রজ! ঐবা নঙবু থাজবগী পাউখুমদি অদুরা? ( মাম্নি থাজদদুনা কপলি )।

ব্রজ—ঐবু কান্নিবা অনিমক ঐগুম্না পাখংনি, অশেংবা অহিংদা কিজোল চপ মান্নৈ, খুরা ইবুংঙো হুন্নানববু মকম অসিদা মতম কুইনা থম্বা চুমলোইদমলে।

মনি—অশেংবা ন্না অমুক্তা হায়য়ুবা ( ব্রজ খুমদবা ) কৈদৌবগে অশেংবদু অমুক্তদি হায়বিয়ু, ঐনা নঙবু থাজদে অচুম্বা তাকপিয়ু, পাজি। অচুম্বা লান্দবগী মতেং পাংবিয়ু মহাক অশেংবা হুন্নানবা নত্তে।

স্থবল—মনি .... .... ... ... ...।

ব্রজ—হুন্নানবগীদমক্তা ন্নারুগমু মনি, মতম অদু লান্নগা পুন্নমক্না খঙলকনি, ঐ হুন্নানবনি।

শুবল—কনমল্লি ব্রজ, হায়জবগী শরুক নশাদা পক্তে—ভুংগী খল্ল।

ব্রজ—হুন্নানবনা হায়জবা তাবিকম খোক্তে।

মনি—ওঃ ... ... ... নঙ .... ... ... ( কপ্পা )

শুবল—তাথল, ইচাশিং ময়াম য়াওন্নিদৈদা থানা য়োন্নসি।

ওজিৎ—মহুনা করগনি খুরা ইবুংঙো।

কালা—ইবেম্মা নঙ খোঙ লোন্দুনা লৈয়, নতোমন্তা লৈবা কিরবস্থ নৌপুন্না কৌরগা লৈমিম্নৌ ( ময়াম চৎখিবা )

( মনিমা মুন্না য়েংবা, ব্রজ চৎলগে হ য়বগী মতাংগুম মনিদা হন্না য়েংবা )।

মনি— ( শোস্থাংনানা ) ব্রজ ... .... .... ( ভুখিবা )

লাইট ওফ

## অহুমশুবা উৎপা

**লম্বী ( তোমাল জমুনা ওরবা )**

তোমাল— কদাইদা চৎলুরিবনো, ঐনি নহাক লেতহুনা কয়া মুং-ঙাইত্রে।

জমুন —পৈশা থোবা চৎলুরনে, অদু ঙাইবমখৈ ঙাইরগা কংলক্করে, অনাববু করম ভোরিবগে, খরা কগৎপগী মওংগা ... ...

তোমাল— কগৎপগী মওং লৈতে হায়দুনা ঐনা করিগুম্বা অমা শান্নবনি, অদুনা হিংলিবনি মসি হেক লোথোকপা মুমিত্তা অনাবা লোইরবনি।

জমুনা—অদুদি মাইবা শাবা, রা অমা খন্নসিনো

তোমাল— করি খন্নসিগে ?

জমুনা—ব্রজসু জেলদা লৈত্রে মুপী অসিনদি করিসু খঙলোই ঐখোয়গী ইনীং তৌবা য়ানবা অনাবসি থবক অরোইবা তৌরোদো।

তোমাল—এঃ মদু তৌহেদে, হোনদবা রানি, তৌবতবু ঐগী খুত্তা লৈরে হায়বনি।

জমুনা—অনাবসি লৈরিমখৈদি বিহারীসু মমুমদা হল্লোইদৌরি, ধর্ম্ম খরা কায়রবসু ঐখোয়গী নীংবা থুংবমা কৎলোইদ্রা ?

তোমাল—( চাইহাক খনবা ) অং-মচুনা ঐখোয়দা খরা কোমগদ্রা ?

জমুনা—শোয়দবনি ।

তোমাল—অদুদি ঐনা পোকপা ভোরুগে নঙগী নী বা থুংনবা ... ....

তোইদা মচুনচুম করবি ।

জমুনা—অদুদি ঐসু চঙজরগে ।

তোমাল—ফগবি ঐসু চৎচরগে ।

জমুনা—লেংবিরো ( তোঙান তোঙান চৎনখিবা )

ওজিৎ—শিংইদা জ্ঞান লৈদ্রা, ওজিৎ—থাগতবা ও দে নহাক্কী খুজিল থোরাং, য়ুম্নাক শাগৈ, হৌকম লে ইকম লৈতবা মুংশিববু কিবাল খোপকে থোরাংবা, হাঃ হঃ হাঃ লৈখোক্ত শাৎপী লৈরাং, ঈশিংদা লৈবা ডাবু, ঐগী শোয়দ্রে খন্দুনা নাপল তোবা, কদায় হৌজিক্কি নঙগী নাপল তেক্লেদো নমথ চানম্না খল্লবা জেলগী কুঠা মমুংদা চাকম থকফম থঙনা মুংশি শেলুট তংদুনা লাইরবা পুন্সি লেঙখরোকো অখোব । হঃ হঃ হঃ খুজিল থোরাংদা শেল থুমদা রাত্রবা ওজিৎনা মনিবু লৌৎদা বনানা থিবা ওমগনি ? তিংখিগনি ওজিৎকী শেল, মপুন্সি চুপ্পা জেলদা থমখিগনি, ওজিৎকী তোবা ওম্বা উৎপগা লোয়-ননা মনিবু লুহোংদুনা লোগনি, হাঃ হাঃ হাঃ ( চঙখিবা ) ।

বীহরী—( মকি খরা মোৎতক থোক্লকই ) ইস ... ... লুখরেদা তোগদবসে, অনাবসু নোংমা নোংমগী হেক্কিজক্কি, মাবু থাদোক্লবগীদমক লুপাগী দরকার লুখরেদা ... ... .... ।

মনি— তাদা নংতবরা ?

বীহারী—এঃ ইবেম্মা নণ্ডদি কদাইদা চংলুরিবনো ?

মনি— তাদা উনজনিংদুনা..........................

বীহারী- মশা জেলদ' পীথোকব্রগা মনি, ঐভোন্দা করি কায়গনি ? অচুম অয়ান নণ্ডদি খণ্ডলমগনি, অনাবা সেবা তৌজয়িবা ঐবুসু জেলদা পীবিরগেরা ?

মনি— ( কপনিং-কপনিং তৌদুনা ) তাদা মহাক হুরানবা নত্তে ঐ মুম্না খণ্ডই, হায়দোকপা য়াখিদয়ে, মাগী মকম্মদা ঐনা য়াম্না লানখরে, ঐনা য়ুমগী অহল অমদি নিপা নত্তবনা থোদোক অাস থোকখিবনি ।

বীহারী—নণ্ড খাজবরা, মহাক হুরানবা নত্তে হায়বসি ?

মনি— মরম অসি তাদনা তমজগে, মুমিৎ অদু ঐ ইমুংদা লৈরে়ত মাগা লৈমিন্নে, মরক অসিদা হুরানবা চণ্ডখ্রবনি নোংয়াই মতুঙদা ( বীহারী মুম্না ভাই ) থেঙলে হায়দুনা মানা ঐবু খিনজিল্লুম্লগা চংখিবগা মাবু ফাদুনা ওজিৎ প্রতাপনা পুরকপনি ।

মনি— মাবু থুনা লৌথোকপিয়ু—মান ঐবু শাউহনবিগনু লুপা ২০০ পুরকই মসি মাগীদমক্তা খরচ ওইবিয়ু তাদা,।

বীহারী- র'কম অসি চুম্নয়ে ঐ নণ্ডগী শেল লোয়োই, ঐগী শেলনা মাবু লৌথোক্ক'নি, অদুগা নণ্ডনা তে'গদবদি.........

মনি— তাকপিয়ু তাদা ?

থীহামী—খুরা নাতুনা লৈরে, ওসি হয়েং খওদে অতুনা মখোয়দা চঙ্খনা অনাবগী সেবা তৌরুচো। রুপাম নঙবু শাউবনি, মাবু অচুম্বা হায়রুনা থেংউ মতম অতুদা নঙগী শেল শীজিন্নৌ, ঐ চৎলগে, য়ুমদা কি হোংলগা জেলদা চৎলুদবা য়াদে, চৎলো ঐনা হায়বা পুম্নমক ইতাওবু সুংশিরবদি—।

মনি— ঐবু তাদা……… ?

থীহারী—ইকায়গদবু চৎলুনে ( চৎখিবা মনি হেংতুনা লৈহৌবা )

লাইট ওফ

## মরিশুবা উৎপা "জেল"

( ব্রজ মকোই চোমলে, মশম শোঙলে, অঙাওবগুম হুংঙাইতবগী বাথল তৌদুনা য়োংকী বার মফুংদা লৈ )

ব্রজ— হুরানবা অসি কনা ওইরিগবা? ঐগী লাইবক থীবনা হুরানবা ওইনা জেলদা লৈরি, ঐগীদমক্তা মনিনা করি অমত্তা তৌরম্নরোইদ্রা? তৌরম্নরোই মহাক সুপীনি, নিপীনা নিপাগীদমক করিস্ত তৌকম থোক্তে, মনিগা ঐগা করিস্থ থোক্লদে, হৌজিক ঐগী কনাস্থ লৈতে, মরাইবক থীরবী ইচল অসি নত্তুনা, ঐনা জেলদা লৈরগা মহাকনা অশোনবা ইপাগী সেবা……রুপা! ওক্সবা ঐবু নবুং ওইরম্বদগী অরাবা কয়া নংলবা……পুম্নমক অসিগী

ব্রজ— লমল থুম্বা ঙমখিগদরা? ঙমগনি ঐগু নিপানি মরাল লৈতবা মীবু চরানবা শীবগী মঙাল ঐনা শোয়দনা থুমগনি............। (ঙ! — রাখল) ব্রজ নঙনা কনাদা লমল থুমগনি? ইমুং অদুদা চরানবগীদমক নঙ জেলদা লৈরিবা নৎতরা? কমানো চরানবা নঙ খঙলবরা? মী থুদিংমক ভূম্বথরবা অথেংবা অহিংদা নঙনা মাগী ময়ুমদা চঙলুবা চুম্বরা? হায়য়ু, নঙনা য়ুম অদু থাদোক্কনবা লাকপদা, নঙগী নমি নত্তনা কনা উথি? মতম অদুদা চুই কাওবা থোংখিবরা? নপাকপুদি চরানবগীদমক মখোয় অনিনা কারি, অদুগা অথেংবা অহিং কনা খঙদ উদনা মখোয় অনিনা করিগীদমক কদাইদা চৎলুরিবা, মখোয় কনানো. মখোয়গা ইমুং অদুগা করি থোক্কনি, করিগীদমক মখোয়না ব্রজবু কারিবনো? ব্রজবু মখোয়না কাবগী মরম.........লাইরবা মচানি, চুপীনা য়ারবমু মপা মমানা লুনা তৌরবমু ব্রজগী অরাবা তরক্লবা মতমদা ঙাকপি কনবিমবা কনা লৈতে হায়বা মখোয়না খঙই, মখোয় অনিনা কাবনি. মখোয়না কাবদগী রূপাবু থাদোক্কনা অশোনবা ইপাগী লৈবা ভৌবগী মহুত্তা জেলদা লৈবা নত্তরা? হায়য়ু—নঙ ইমুং অদুগী করি পোৎ চুক্কই, নহাক চরানবরা? নঙগী অমত্তা ঙাইজরবী রূপা লৈশাবী অমা ওইরবনি, অমরোমদা অশোনবা নপানা নঙগী রাখলদগী অনাবা হেনজিন্দুনা শিথিবা

খোক্লবদি নহাক নপাগী মশক উবা কংখিগদম. ?
পুম্নমক অসি কনানা খোকহললিবনো ?

ব্রজ— (কোংনা) ওঃ—পুম্নমক অ'স ঐগী ইকোক্লা........ নো'দম্বা মপু নঙনা করিগীদমক্লা লাইরবগী পুন্সিদা অসুক থৌনা নোংদমবিরমলি ? তাইবং মীগী মপোক্লা পোক্লবা অসুক তোননা থম্বিগদবগী শরুকপুদি ঐবু হাংপিয় লাও, ঐবু হাংলো. লাও, হাঃ হাঃ হাঃ খোটযুম বি ধ কোবা লাই করিগী হোজিক কাওবা ঐবু হাংত্রি ? (য়োংকৌ বার পায়দুনা শুম্দা য়ংদুনা লৈ. মনি বীহারী চঙলকই)

মনি— তাদা (লেপ্তুনা লৈবা)

বীহারী—চঙলকউ লাও (চঙমিম্নব) ইতাও ! বার মপুংদা থুং খিংজিন্দুনা কোম্নবা)

ব্রজ— ইতাও ! (অনিমক থাদোকনবা) মনি ! মকম অসিদা ? (বীহারী থরা হন্দে ক্লগা ২ গী মওং য়েংলি)

মনি— ঐগোই......মকম অসিদ'...........

ব্রজ— নঙ'দ নুপীনি—করিগীদমক ?

মনি— তাকপিরিবদু অচুম্বনি ঐ নুপীনি অদুবু মকম অমসুং মতমনা চেনকত্রবা অরাকম তা.থবনি হায়বসু থঙলৈ, তম্বা ঙমত্রবা মীওইবগী পুন্সিদা হকচাং তোঙাম্লবসু পাকুং হকচাং অমত্তা ওইখিবনা, থরাই লৈবা মকমদা ................ ।

ব্রজ— ঐদি লাইরবা ছুম্বানবমনি, করিম্তু থোক্লদবা হুরানবা অমগীদমক ঐগী থরাইদগী হেন্না চুংশিজরবী মণিনা লৈকাই মমাঙদা অখিবা মিংচৎ.........

মণি— ঙাকপিন্নিঝ অহু .........

ব্রজ— অচুম্বনি মনি, লৈশাবী অমবু অতুগুম্বা থদলাম পীবা অচুম্বা থবক নত্তে, মচুগী মহুত্তা নওবা মকম অসিদা লাকপগি তোকলগা অহলগী য়াথং ইন্দুনা মংকোয়না পাম্বা মফমদা লৈরকবনা নওগী অকবা ওইগনি, মণি, ঐগী সুংশিজরবী নত ঐবু কাউখ্রো।

থৌহারী— ইতাও ( কপলপ্পা )

ব্রজ— কত্তবনি থঙলবদি থাদোকহৌবদা চুমই, ইতাও।

মণি— ( কপদা ) রাকম অদি ঐবু অমুক হন্না তাহনবিরগনু হুরানবনি হায়বস্তু ঐ মুন্না থওজে, অরাকম তারবা মতমদা থাদোকপদি ঐগী ছতিক লৈজদে, মুমিৎ অহু নিংশিংবিম্ম।

ব্রজ— মণি !!—

মণি— ঐবু সুংশিবিত্রবস্তু সুপীগী ঋজৎ ঙাকপিয়ু. নহাকনা পুন্সি চুপ্পা জেলদা লৈরবস্তু, থখোঙ থাদা পন্তুনা মাঙজবদি নহাকনা য়াবিম্ম॥

ব্রজ— মণি——

থৌহারী— নত্তে, পুং তারকলে মনি, মাগা অমুক ঙাংনরনু চৎনবা তোঝগি, মরম পুম্নমক কায়দমথা পিদগে, খাউগানবা

মাগী মনাক্কা লাকপগী মতম্তা য়ুমদা অনাবগী সেবা তৌবনা করগনি, নবুক্লিংদা চিংনগনু, নওগীদমক্কা ঐ লৈ।

ব্রজ—ইতাও পাজিগী অমাবা?

বীহারী—ওসি ৫/৬ নিসি থর পোথারে, চাক থরা থরা চারে, য়াম্না কম্মসু হোৎনরি; নও করিনঙ্গা চিংনগনু।

ব্রজ—পাজিগী পাউ তাবদা য়াম্না নুংঙাইরে, মনি নঙ চৎলো মতুঙদা অমুক লাক্লগনু. মীনা নোক্লগনি।

মনি—(পোংয়োম থোক্লুনা অচাপোৎ থরা পীবা) ঐবু ননাক্কা লৈহনবিংব্রবসু ঐনা নওগীদমক পুজরক্লিবা অসিদদি লৌবিয়ু।
(ব্রজনা মখুৎ য়াওনা পায়শিনব', বীহারী য়েংলবদগী মমায় লৈথোকখিবা বীহারী উবদা মখুৎ থাদোকপা)

মনি—চৎরগে (মুন্না য়েংলগা মমায় লৈথোকপা)

বীহারী—অমুক চৎলগে, ইভাও!

ব্রজ—ইতাও (অনি হন্না হন্না য়েংদুনা চৎখিবা, ব্রজ মনিবু য়েংদুনা লৈহোবা)

লাইট ওফ

## শেুবা উৎপা

লমনবী—সুবল, কালা. ওজিৎ, মনি

সুবল—ভাথল, নহাক তুরানবা ফাবা য়াওখিবা অতাং ওজিৎ হায়র-

তুবু মওং করম তৌবগে মাগী মওংবা খঙবিবরা ?

কালা—খঙত্রে ইবুংঙো করিবু হায়গদবনো ? মুমিৎ অতুদদি কনা ফখি অহিংদা চুরানবা ফাবদা মথৌমক ওইনা য়াওখি, অম-রোমদা কনা লাইবদুন্সু মাগী লৌচৎ শাজৎতা চুরানগনি থাজদে, অচুবু হৌজিক জেলদা লৈত্রে. লুপ্রে হৌজিক মী অমত্তা থাজবা ঙমদ্রে ইনাওনা মুন্না খনবিবা নত্তুনদি .... ...।

সুবল—এসু মতল মতল খল্লবনি ...... য়াখল অমত্তা লেপ্পা ঙমদ্রে।

কালা—ইচিল ইনাও শু য়দন তরা খোক্লা হন্নগনি, থবক্তবু খরা তপ্পা হোৎনস. নুপীমচাগী মরম্সু তাখিসি, মানা পামজবসু খেমদুনা মাগী কনবগীদমক তরু খোক্লা খল্লদুনা মশানা হয়াও হয়াও য়ানবা হোৎনসি।

সুবল—অদুনি তাখল, মমা মপা ওইবনা মচাগী কনবতা খনবনি অচুবু মখোয়না করিসু লৌবিদে. মসিদা এনা হেক হকথেংনা মশাদা কায়বসু কদায়নো খল্লি অদুনা নচানুপীবু ভাব তনবা তাখলনা খরা পুক্নিং চঙবিরো তাখলনা অসিনা ফগনি হায়ব-তুমক ইচাগী পাঙথোক্কবা য়াদবনি।

কালা—এভোন্দা ঙাকসু ইম্বোকপা তৌবিগনু, ইচল ইনাও তায় তায়দুনা ইচাগী ভুংগী কহোংবা হেৎনগদবনি, অচদি মাই-বংগী লুচোংবগী শিল-লাংবত্ত ইমাম্বা ঙাইহাক থৌরুখিগে।

সুবল—কোৎঙস ননাওসু য়েংঙগে (অনিমক চৎখিনা) (মনি লাইরক খাউ পায়দুনা লাকই ওজিৎনা তুং ইল্লবই)

ওজিং—আঃ ইবেম্মা মনি অমুক্তা ঙাইহিখো-ওঃ

মনি— (হক্লা য়েংবা মুংশিদর্বা উৎপা) করি ঙাকপিগদবা ?

ওজিং—হ্নারৌবিবা মাদে; লম্বী হ্নানি হায়রুনা থোইনা লাইথোকপগী তৌবিগম্মু ইবেম্মগী পুক্নীংগী মা অমতং থজরিংঙ্গনা ... .... ....

মনি—ঙাকপিরিবা হ্নকম অসি ... ... ঐদি ঙাব ঙাবা থম্মজদবে; করি মরম ... ... কররম্বা হ্নাকমগী ?

ওজিং—ঙাব ঙাবিকম্ম থেংকে, পম্মোগী য়েংবা শজাইদা মখিং তৌনা শাংলিবী লৈরাংনা থোঙ্গমু কনাগীদমক লৈরাংমা খাম্বী মৈশা লাংলেই হায়বম্মু থঙজদা—

মনি— ঙাকপীরিবসিবু ... ... মপামদা লৈরিবা সুপী থুদিংমক হায়নশিংনবা নিপা অমমম লৈঙবা য়াদে হায়বা দঙ্গ পারখি-বগী হ্না ওইহিবরা ?

ওজিং—দঙ্গ পানবগী মা নংচদেদা, তৌবতবু ... ইবেম্মগী মকমদ লাইবক থীবা পাখঙনঃ মুংশিজগুনঃ চঙজরকপা অমনি পুক্নীংগী হ্নাকম কয়া হায়জখিবা লৌইদাম থাশিং য়াম্মক্তে, সে-মাই হায়বা হ্নাকম অমদি থঙহনবিবঃ মচম ওইহ্নবরা হায়জবনিবা।

মনি—ঐনা লানিবা ওইরিগনা ? নোংমতবু ঐগী য়ুমদা অহল লমলগী মমাঙদা উজখিদ্রিমাদে, অসিগুম্বা কিঙম অসিদা কররম্বা হ্নাইবা মীগী পুক্নিং লেনগদগে হায়বম্মু থঙজদে, মসিদা.......

ওজিং—থোইদোক্না চিংনকম লৈতে, মাঙলমচৎকী মা কাউথোক্নবমু ঙসি ইশাগা থেংনরিবৈ অসিদা ইবেম্মাগী থম্মোয়গী অরেজ অমু ঙাকপিবদা থোইনা হেন্না কথস।

মনি— ( থুমদনা য়াখল খন্দুনা লৈবা )

ওজিৎ—ইকাইবা হায়বসি চৎনবানি. অদুবু তুং-মাঙ হয়া য়েংবদা কয়া থোইনা উররোইদ্রা পুক্নীংগী য়া অদু হেক্তা তাকপিয়ু।

মনি—তাকপিরিব'সিবু চয় নিঙোল অমবু হৈ-লৈগুম পৎ হেক্তা থংপগী য়াখল ওইবিরবরা ?

ওজিৎ—করি য়ানো ইবেম্মা। মতুমক ইতিক লৈজদে, মসিদা ইবেম্মগী য়াখলগী য়াংমদ' লৈববু হেক্তা উবিদবদি লানগত্রা, ঐখোয়সু ইবেম্মগীদমক্তদি হোজ কয়' য়াজরক্লবনি. অহিং অথে'বদা ইবেম্মগীদমক্তা' থয়াই থুবাক্তা হাপ্তনা হুয়ানবা ফাখিবনি, পাউথঙনবগী য়া নৎচদে, ইবেম্মবু মুংশিজবনা হায়জবনি।

মনি—ওঃ ঐবু তাকপীগনি, ঐদি তৌবিমল খঙদবী অমা ওইখ্রমালে।

ওজিৎ—মতুগী দমক্ত' করিমত্তা খনবিরুগমু মুংশিবগী মফমদদি করিসু লৈতে।

মনি—করিশু লৈতে·······চিংনবিগমু হেক্তা হায়দোকচগেকো।

ওজিৎ—হেক্তা তাকপীগদবনি, ইবেম্মগী নফমদা ঐনা তাপ্লবমু অদুতনি।

মনি—হুয়ানবা ফাবা হায়বসি তরাইবা থবক নত্তে!

ওজিৎ—মতুগী করিসু বেরা লৈত্তেদা।

মনি—মতুগীদমক্তা করি তৌগদগে খনজরমলিবনি, মুমিৎ অদু হুয়ানবগী মনিং তমহন্দতুনা তাদনা হুয়ানবা ফাবদগী ইমুংগী পোৎ

মাঙবনি, ঐনা মুপী ওইরবস্থ লমন শিংবগী মতম ঙাইরি হায়বসি কাউবিগনু মতুংদা অমুক উনরসি চৎচরে (চৎখিবা)

ওজিৎ—ঐস্থ লৈজহোয়ে ( হরাওনা লৈহোবা )

লাইট ওফ ।

## ওঙবা উপা

### অমুক পুং ১০ তাবা মতম

( মাঙ্গোলদা ফি য়ামনা পৈদুনা লৈ, ইমুং অদু ইহাং হাংবগুম তৌই. মপা শিবগী মশম ইফা ফানা রুপা কপলি ।

রুপা—ইমা…কোয়েথক্তা লৈগ্রবী ইমা লাইবক থীবী ইচিল ইপুরাগী অরাবা কুম্মে য়েংবা পেল্লদুনা অমত্তা ঙাইজরবা পঙ্খোবু কোয়ো থক্তা পুখৎলগা লাইরবা নচাশিংগী কুম্মে মপুং ফানা য়েংগে খল্লবর' ইমা ! ইমা নুংশি হৈত্তেদকো পলেম নঙশে, করি ধর্ম্ম কৌবগে অপোকপা, মপি মপা লৈত্রবা লমজা-শরা ওইহৌরবা নচা অনিবু কনানা নাওকোন-বিগদগে অপোকপা ? ওঃ পাজি লাইবক থীবী নচাবু কনাদা শিন্নবিরম্বগে ? কনাবু য়েংদুনা লৈয়ু হায়বগেনে পাজি ? পাজি নঙবু লমদম কৈদা লৈবগে ? নচানা কৌবসি তা-বিত্রবরনে অপোকপা ?

জমুনা—( চুরুপ থক্তুনা চঙলকপা মুমা য়েংবা ) আঃ থবককাস্থ থরা মত্তৌশল্লু, অন্নম কপতুনা লৈরবদি ইমুং মমুং চাই-

রিবসি কৈদৌঙৈ লোইরক'নি ? ঙাইহাক্তা ঙাইরে মী তিল্লগদবা, অশুম চাইরবদি ফজগদরা ?

রূপা— করি তৌশিগে ইনে, ঙাকপিয় পুন্নমক তৌজগে, ঐবু করি তৌগদগে মফম অমত্তা খঙদরে ?

জমুনা— ঃঙ'দ বদ'ইদগী খঙগনি. ··· রাখলনা অমা নখুৎনা অমদা, ( চুরুপ চি'বা ) নপা শিবগী অমাংবা ফিরোলসি কোক সুদোককেদি হায়দে, করিনো উৎশঙ্কু, খঙজসমু মতাদু মঙাই, মনাক্তা শুরু শুরু হেক নৈদ্রুনা····থবকশিং অসিনা কনানা নোম্বীরগনি ? মীনাই লৈবস্নু নত্তে।

রূপা— পুন্নমক ঐগী ইথোনি, ঐনা লোইনা শৃগনি, ইনে রাররমগনি; পোণ্গাবিরো. কুইরোই ঙাইহাক্তদা লোইগনি, ( কমথক্নুনা ফিয়াম পুনশিনবা )

বীহারী—ইনে··· ঐ য়ুম অমুক্তা য়োজরুখিগে, থবক অতৈদি লোইরে, থুনা অমুক লাকে অতৈ অতৈ খরনবা।

জমুনা—ইবুংঙো নঙনা খরা রারেদো, মতাং চাদবনা ইয়ানা রাবিরে।

রূপা— তাচোগী পাউদি খঙবা ঙমদ্রেকো ?

বীহারী—নহাল ঐনা চৎপদা মরম পুন্নমক লোইনরম্লবনি ঙরাং থারকনি হায়হোবনি ঐস্নু চৎলুবা ঙমদ্রে করি তৌরবনো তাঙ্গা য়েংদ্রুনা মুংথিল চৎলুগদ্রা।

জমুনা—চৎলো চৎলো থেংশ্রগনি. নঙনা ঙম্না লাক্লগা অমবু ওইরবস্নু খরদ্রুনা তৌরসি। ( ইমুং চঙখিবা )

বীহারী—অহুদি ঐস্নু চৎলগে ( চৎখিবা )

রূপা— ( মখুৎ অনি থদাংদা শোরগা মমিত্তা ইন্না চেন্দুনা ফি ময়োমদা শোড়ুনা শুন্দা য়েংহুনা লৈ )

ঈশৈ মপান্দা } ওসি কায়না অহিংদা কপ্‌লিবী অন্নাবা ইপাক্তা
শকপা তাব। } তান্নবী

হো-চেক্লা অপিথক
নাইংতোম তাহোরেদো নওদি
লৈহোরেদো নিওবা কায়না আশাগী শুকলবা
অহিংদা, উদ্রেদো কনাস্থ নওগী নি হায়বা,
হোৱদ্রে নহাকপু অমুক হন্ন কপ্লতনা লেপ্লেদো পুন্সি ৷

রূপা—(কপ্পা) হা ইপা ইবুংঙো লোইরেদকো অপোকপ', হন্দক মপোক অসিমগী পস্থোগী নুংশিবা চেংলোদো নমোমনা অমুক উবা ফংলরোইদকো অপোকপা ( মমিৎতগী মপি তৈথোকপা মরক অসিদা ব্রজ চঙলক্তুনা মচনবু মুন্না য়েংলগা )

ব্রজ—রূপা ! করিনো তোৱমলিব'সিদে ?

রূপা—(তপনা চৌগৎপা) লাইবক পীবী ইচিল ইপুরাবু থাদোক্তুনা লাইরবা পস্থো সংসারদগী বিদায় লোথরে তাচৌ ( মবুংদা কোনবা ) হো পাজি তাচৌ লাকলে, অমুক্তা হন্নকথো তাচৌগা পুকমেন-পাওমেননরখোনে পাজি (ব্রজ জ্ঞান মাঙহুনা লেকথহুনা তুখিবা ) তাচৌ ! তাচৌ ! ( কোনখৎপা )

লাইট ওফ

## পঙবা উৎপা

### লঙ্গাং, তোর্ব্বান, মোংফম

হৌজিক্তা পোৎলোইবা লোইখিবগী
মনিল য়া য়া কাচনা লৈ, শেংগম
মচা অমা য়ুংলপা চফু অমস্থ য়াল্লি,
চফু মমিংদা তিংথৌ খিংজিল্লি, তিংথৌদগী
ঈশিং, তপ, তপ তারি, ব্রজ মফি ময়োল
মফম খঙদনা মশম মনা ইকা কানা
অঙাওবগুম মং মনাক্তা ওন্দুনা লৈ ॥

* ওপ্তগী ঙাওলকপা

ব্রজ—(তপনা মকোক কাওখৎতুনা) লোইয়ে মপোক অসিমগী, মৈতালনা য়াথৈয়ে হন্দক মপোক অসিদা অমুক হয়া উবা ফংলয়োই, পম্থোগী সুংশিরবা মাইথোংদো …ওঃ ইপা ইবুংঙো লাইবক থীরবা নচা অনিবু মীনোক চাউরবা সংসার অসিদা কনাগী মরুম থুপতুনা লৈহৌ হায়বগে অপোকপা ? ইমা-ইপা লৈতরে, সংসার অসিদা এখোয়গীনি হায়বা কনা লৈজরে (হৌগৎপা)—ইমা, লমজা শারা ওইহৌরবা নচানা কৌজবসি ভাবীত্রবরা ইমা (মপি তৈথোকপা) নোংদোন লাইরৈবাক্তা লৈ- খ্রবী ইমা, ওক্তুবা নচানা নোঙচাউবা সমাজগী মমাঙদা লাইরবা ইপাক্তদি লাম্থোকচগে হোৎনজবনি… অতুবু পম্থোগী সেবা

মীরাইরে, অহল ওইরবা পস্থো বারগনি থন্দুম। পস্থোবু নোংদোম থক্তা পুথৎলরা ইমা ?…ভোয়বা পঙলবা নচা অ'নবা লঙজখিবা পুম্নমক ভাকপিরকে অপোকপা… লোইরে মপোক আসমগী লোইরে………।

চাকনিবগী ঈশৈ

নিংবা শোয়া লোইখরে ভাইবং,
মমখরে রাখলম্ব ভাম্না ভায়া,
ভাশোল ওইহোরে নোরবা থমোয়সে,
থাম্বী মৈ রায়রে আশাগী খাংপোক॥
ভাম্নম্বদো মঙাশনি, তিনখিবম্ব অমমবদনি
ভাশোল ওইহোরে নোরবা থমোয়সে,
থাম্বী মৈ রাইরে আশাগী খাংপোক॥

ব্রজ—পলেম মশক থঙহোৎলবী, শেৎপা চাবদা মনিং থুংলক্ৎবী, মিৎলু পিরোইনবা নত্তনা মহাকী শরুক থুংলবী মরাইখক খীরবী রুপাবু কনাদা শিন্নবিরম্বগে পস্থো…ইপা ইবুংঙো লাইরবা ইচিল ইপুরাগী অয়াবসি য়েংবিংত্রক্ছুনা পলেম হৈনা ভুং ইম্নবরা অপোকপা ? ভাইবং মীয়োল হেক থংলকপদগী পলেম কায়নবগী মৈশা লাংহনবা অদুগা ইপাঙ্গল চাউরক্ৎনা শোয়বা ইপাগী সেবা চৌবগী মহুত্তা লমজা শরাগী তম্পাক্তা হুনদোকপিরমলবা হাঃ হাঃ হাঃ নোংদমবা. কম্বিগী অচক কৎতে ? লাইরবতবু নহাক্না ওৎলগা পেল্লি-মুংঙাইম্ন লাইরবগী কুমৈ য়েংলগা পেল্লু…হা…হা…হা…নঙগী নোংদমখোলগী

কুমৈ গুসি ঐবা মপুং কাহনগনি নমিৎ অদু থিৎনা য়েংউ, লিংবা কায়রবা লায়রবগী পম্বুংকমদি আত্মাহৈত্য মসিমক নঙনা পামজবা কুমৈনি (থাঙ শক্তুনা মুমা য়েংবা) হা··· হা···হা···নোংদম্বা লাই - নমিৎ থিৎনা য়েংজো (বীহারি চঙলক্তুনা থাঙ মুনবা)

বীহারি—ইতাও! কগ্নিনো নঙবা তৌরিবসিদি?

ব্রজ—ইতাও! ঐনা নোংজবদা অপনবা পীরগনু, চায়রবা মরুপ মসিবা লাইবক থীরবশিংগী পনথুংকমনি।

বীহারি—ঐনা নঙগী অপনবা করিমত্তা পীরোই, অদুবু নঙগী নচল রুপা কদায়দা-কনাদা শিন্নরমই মাগী মপুন্সি।

ব্রজ—রুপাগী পুন্সি?

বীহারি—মাদুমক থমখো, ওবিং প্রতাপ অনিগী খুজিলনা খুড়াগী মশক উহল্লবসি লাইনা তথরা নহাক বিপা নত্তরা, হায়রু ইতাও নঙ মখোয় অনিগী মথক্তা লমন খুম্নরোইদরা?

ব্রজ—ইতাও!

বীহারি—শিরবনু মখোয়বু মতিক চাম্ব লমন শিংলবা মতুংদা··· ইচলবু শেম্বীবা লোইরগা।

ব্রজ—ইতাও ঐগী ইচল লৈরি।

বীহারি—মতম রাংলি ইতাও।

ব্রজ—ইতাও (কোয়বা)

লাইট ওফ

## ৮শুবা ঊপা, য়ুম

### মফম—ব্রজগী মাঙ্গোল

### মতম—ভুমিদাংবাই

( থোঙ মচি খজিক্তুং কাওই, খোঙনাউ হাংই, মপু লৈতবগুম, তোমাল চংক্লক্লুনা কোয়য়েং য়েংলগা থোঙজিল মহাদা লেপ্পুনা··· )

তোমাল—ইমুং অসিবু কনা কনা লৈবগে ?

জমুনা—(থেঙনাউদা মুম্না য়েংলগা খুমদনা মতৌ য়েংগে মতাগুম ভুমিম্না লৈ )।

তোমাল— (লৈথোক্লগা রাখল তেংদুনা) হন্দক্তি জমুনাবু লৌদবা য়াদে, মাবু ঐগী ওইরবদি ইমুং অসিস্তু ঐগী ওইরে অচুমদা ব্রজদি ভাব তারবা অতাংনি···· ··· হেয়া জমুনানা ইমুং অসিগী অহলনি মাঙেন্দ ইনাশিনদুনা চক্রি তোহলগা খাওবা ওমদদুনা য়ুম থাদোক্লগা মরাইনা চংচখিগনি, অচু ওইরবদি রুপাবু ঐনা শাম্নিংবা মওংদা শাম্নদুনা লেল তানবা য়ারেদনা, অদুদি জমুনা ঐগী পুক্নিংগী ওইবদি য়াবরা ? হুম, মদুদি য়াদে ঐদি অতাং ভরুক্কী মপানি। অদুদি মতম থরগীদমক চিনবান্দা খোইহী লৈভবা তাই ( ফোংনা ) মখোয়গী ইমুং অসিবু কদায়দা চংব্রবনোনে ? মী অমত্তা লৈতবসিবো ( কোয়য়েং য়েংবা )

জমুনা—কনা ওইরবনো করি হুবিগদৌরিবনো ? মপু লৈতবা ইমুংদা কিরুপ কিরুপ য়েংদুনা লৈরিবসিবু ওন্থোক্লা কিজখরেদা ( থোক্লগা কিদা থাবা, কম্বা )

তোমাল— চুম্মী চুম্মী কিবিক্কম থোকই, করিনা হায়ববু শঙ্গোন্দা পুনবা ষন হূবদি লায়বনি, লমজাওদা থাদোকপা ষনবু হূগে লাকপ'নিনা কিক্কম থোকই।

জমুনা—অদুবু ওইরবদি থোইনা চিংনজদেদা মাত্রদি নত্তুনা ষন হূগে থোরক্লগা ষন মপুবুদি কিত্রদুনা···অা·· য়ুমদা কৈহোবা মী থঙখি উ'খবা থোক্লবদি রা থোকত্রা থনবীবগী মতাংগুম, তে বিব, নিপা ইথোক হেক থোক্তবা অদুদা কিজবনি।

তোমাল—ঐঙোন্দদি মতুগী রাফম অদুগা ওন্থোক্লা খেৎনখরে, হন্দক্তি ড্রখেং খুদিঙগী মযুম ওইরবা মাগীনি হায়বদা কনা লৈঙদ্রবা লম্বে ইবাময়া তমজনিংঙাই মশক ওইরবা ঐনি, ধন্ম লৈবী কনানা ঐগী ভিক্ষ হাপ্লিগদগে হায়দুনা কোয়না থিব লাকচল্লিবনি।

জমুনা —ওথোক্লা তান চারেদ' সত্য, ঐহাকসু মরাইবক ফবা চাক্লিবা কনাগী বু'লদা ঐগী পুন্সিগী চেংজেল অসি হাপক-দগে খঙ্গবদ, নোংলৈনা পুথৎলবা অকংবা উনাগুম তাকম থঙদনা লৈজরমলবনে।

তোমাল—য়াম্না হু'ঙ'ইজরে, নোংলৈনা হুমগ্রবা উনা অদু লৈপাক তাহন্দনা ফিগাও শানা ওকচরগে··· অদুবু হয়েং রানা ওকচক্ল-রিবা অদুবু থাদোক্তুনা সুংশিৎনা শিংপা মাইকৈদা পাইথ্রবদি ঐদি মাঙজরেদো।

জমুনা—হোয়, মাতুসু থোকলোই হায়নিংঙাই লৈতে, মথুং চল্লবা তেনরা কৌবী চেক্রাবু মথোঙদা য়োৎহিলং থাংদুনা থম্বীরগা

মচিঙ্গাক হুনবীবগী মহুত্তা····হান্না লৈরম্বা য়ুমগীনা লুনা থল্লবদি মশানা তাব'ন।

তোমাল—মাদু পুম্নমক খাদোক্তুনা য়ুমগী খন্দবা অমা ওইরমলবদি ?

জমুনা—মাদুদি মথুৎ চন্নবানিনা মাগী কুশি তারেল্লনা।

তোমাল—কান্নদে জমুন, পাখং লৈশাবী নক্রে রাকোই শুরা তোক্রসি অঙাংশিং উথ্রগা কজদে ওরাংগী রাকনথু কমদোবা তারে ?

জমুনা—মাদু হংচিৎ অসি অঙাং অনিমক লৱাইদ খারগে, অহুগা মরাং কায়না শীনবনা ফরগনি করি হায়গে, মাইবা-শাবা।

তোমাল—নঙনা কগনি হায়রগা লোইরে, ঐগী রা করিসু লৈতে, তোবতবু অহল ওইরক্লবনিনা পঙচোপসু চোপহন্নিংদ্রেদো····

জমুনা—চোপলোইদা, জমুনানা শীনবা থবক্তি মহোশানা মায় পাক্তুনতা লাকপনিদা, চিংনবীকগসু

তোমাল—করেনে, ঐসু অনাবা মকম অমা চৎকদবা রাংলি··· অমুক হুঞ্জরগে।

জমুনা—লেংবিরোনে করিসু সুংঙাইখিদ্রেদো।

তোমাল—এঃ হায়বিরিবা অদুনা পেঞ্জরে, মতু'দা চাম্মরক লৈরি (২মক নোকমিন্নরগ অমনা চৎখিবা অমনা ইমুং চঙখি. ব্রজ বীহারি চঙলকই)

ব্রজ—ইতাও চৌকিদা লেঙশিনবীদু (বীহারি কন্মী)
(ইমুংলোমদা) ইনে কপাহুবু চাক থোংগ্রবরা ?

জমুনা—(ইমুংদগী) চাকা থোংদ্রি, চাকচা হেক তোকপদগী কৌ মেরক অমা পুদুনা চৎখিবনা মন্নবা কাওব হন্নক্লিবা অসিনি,

নঙগী নচল অসি ওল্থোক্লা লম হেনগদৌরি, কনানবু থুপীনা লৈকায় অমুক পাম্বদি থোনজরক্তি, করিনো লৈকায় অসিদা মাগুম্ববু অমত্তা যাওদেনে।

ব্রজ—কৈ, ঐ ৱারকে, মাম: লম হেনবা য়াবরা? ফুরগা মরাইনা ভাব তাঙ্গনি, ইতাও ঙাইহাক্তা কমলমখো। (চৎকে তোবা)

বীহারি—কদায়দা চৎকদৌরিবনো?

ব্রজ—রূপা কৌরুগে, অঙাং অ'স লম খরা হেনগদৌরি অত্থুনা খরা খঙহনহৌদবা য়াদ্রে।

বীহারি—ঙাইখো ঐ ৱা অমা হায়খিগে (ৱা'সি তাবদা জমুনা থোরকই)

জমুনা—হৌজিক কাওবা হন্নক্তিবসিনি, নঙনা খরা ৱারকউ, ঐনা হায়জবদি মনাদাকা হাপ্পিবা পোৎ নত্তে।

বীহারী—করে ইনে, রূপাবু কোৱা ৱারকসি, হৌজিক ইনে কৈথেন্দা অমুক্তা য়োবিরুচো. ইতাওগা ইবানিদি ইকাইদ্রুনা লৈরক্লে, ঙা য়াম্না থোকহৌবনি ঙা চাদবা কুইরে, সে ইনেনা শীনবিরুরো (লুপা ১০ লৌথোক্লগা পীবা)।

জমুনা—ইকুপু ইকাইরেদা ইবুংঙো, ঐথোয়দা চামিন্নবা থৃদিংগী ইয়া-নদা পুথোকই, ঙ'সিদি তোক্লসি মতুংদা অমুক চামিন্নবসি।

বীহারি—মতুংদসু চাগনি, ঙসিসু চাগনি, থেংগ্নগনি লেংবিরুরো সে, ঐখোয়না করিগুম্বা অমত্তং চানিংবদা ইনেনা শীনবি-রগা ঐখোয়না নীংবা থুংজে, মতমদি চাদ্রে লেংবিরো খরা থুবিরকউ (শেল পীবা, লৌবা)

জমুনা— নখোয়গী অনম কনবসিন তৌদবসু য়াদা ওস্থোক্না তঞ্জখয়ে
( চৎখিবা )

বীহারি—(জমুনানা চৎখিবা মাইকৈদা য়েংলগা) ইতাও নহাক ভাব তাও হৌজিক ইতাওগীদমক হন্না য়েংবদা কনাসু শৈন্দ্রবনি, নঙগী ঈয়েম খাক্না পোকপা নচল অসি নত্তবা—ইত্তাও ফুবদি লায়রক্তুনা নমিংনা ফাওবা কন্না য়েংলোইদবনি। নঙনা জেলদা লৈরুবনা খঙত্রবনি, ঐদি খুড়াগী লাইকয়বা য়াওরকপনা ননে ইবেম্মগী লমচৎ কুপ্পা খঙলে, ননেগা লৈমিন্নবদা রুপাদি কপ্পা নত্তনা নোংমতা নোকপা ফংজদ্রবনি, ঐনা হায়গদবদি ওসিদগী নত্তনা হান্নদগীসু হায়রকলিবনি, ননেগা তিন্নদবসু য়াদবনিনা নহাক হুপী অমা থিদবা য়াত্রবানিনে ইতাও।

ব্রজ—মদু পুন্নবক—

বীহারি—ঐগী বা অমুক্তা তাবিখো—হুপী অদুগী মথুঙ্তা ইমু' অসে শিন্নরবা মতমদা ননে ইবেম্মনা থুৎ খিংজিনবা য়াররোই, মতম অদুদা কনা লৈজদ্রবী, কালেম্থাগী লৈবাকলৈঙম অরাবতনা মাগী শরুক ওইজয়রক্রবী রুপাবা কন্না মতিক হুংঙাইজবগে হায়বদু মরুপ্পা উবা ফংগনি। মাদু নত্রবদি হাংলুবসু য়াদ রুপাগী মতৌ য়েংবদা নহাকী নমিত্তগী নপি তাবা নোগাং-লোইদবনি, মাসি থাজদবা তৌগদু ইতাও।

ব্রজ—ইতাওগী বাকম অসি অচুম্বমক্নি....অদুবু ইতাও খবক অসি পাঙথোকপদা ওস্থোক্না লুখয়ে।

বীহারি—করিগী লুগদোরিবনো ইতাও। মৈ হৌরবদি চাকলিবদু

হায়া কল্লগা কোম্না থীচার তোবনা করোইদরা নত্রবদি থীচারনা হাল্লরবদি য়ুম তুম্না চাকখিবা তাবনি অহুনা অমবু ওটরবসু অমনু ওইরবসু হা ?

ব্রজ—অচুম্বনি মরূপ ! মহুদা······ চঙগদবা রাগদবা মরামত্ন উবদা কিজরিবা অহুগীসু মথক্তা······নত্রে ২ মসি লমজা এঙোন্দদি য়াম্না লুনা খোকত্রে।

থীহারী— করিগী লুগদোরিনে'······হেক্ত চেল্লগা লোইত্রে

ব্রজ—চেনবু চেল্লবসু হোংবু হোংলবসু লৈবাক্তা চৎনবীদি অমা নত্রগা অমা চেক্তা য়াই—অদুনা মাগী মপা অসিনা এবু য়াদবা অসিদা করিগুম্বা অঙম তাল্লরগা এদা নত্তনা ইতাও য়াওনা অয়াকম অদুনা···মাহু···

থীহারি—মাহু খন্দবদি য়াদে অহুবু শিখাঙ খাঙদুনা য়ুম পানখিরোই হায়দুনা লৈবদি ইতাওগী পুন্সিদা নীংবা কায়বা শোয়ত্রবনি।

ব্রজ—মসিগী রাকমসি কোম্না ফগদবা মওংদা খম্লরসি, ইতাওনা ফগনি হায়বা মওংদু এগীসু অকবনি ( রূপা থুম্মোক অমদা চেং খরা পুদুনা চঙলকপা ) কদায়দা চৎলুই ? চেং চরা অমত্তং শুবদা অহুক কুইরবদি অকবা ওইগত্রা ?

রূপা—ইনেনা পাও অমা হায়রুচো হায়দুনা চৎলুবদা খরা খেংখত্রে এ থবক খরা রাৎলি, তাচৌ শীং খরা খায়বীরমউ ( ইমুংদা চঙখি )

ব্রজ—ইতাও তাইহাক্তা কম্বীখো এ শীং খজিক্তা খায়রুখিগে ( মকি লোথোক্লগা তেবিলদা থনস্না, চৎখিবা )

বীহারি—খরা থুরকউ চাক থেংখিগনি।

রুপা—( নোকমি নোকমি তৌনা থোরকপা ) তাচৌ চাক হাপ্লগে-কো ( বীহারিনা মথুং ফাবা ) হাপ্লুরা হাপকহুম্রা হায়রো ( থুমদবা থুং থাদবা ) সে থাদোকলো চাক থেংগ্রগনিয়ে মীওৎপা…।

বীহারি—ঙাইখো রুপা নঙনা তৌরিবা অসি মী ওৎসিবা হায়বত্রা শেংনা অদুক্তা হায়য়।

রুপা—এনা করি তৌরবগে………হিংচাবা—

বীহারি—ঙাওশিন্নগমুদা মাতুগী মহুত্তা নবুক্লিংদা লৈবা য়াদো অশেংবা হায়দোকউ—নত্রবদিনে….

রুপা—করি তৌগদৌরিবা……?

বীহারী—করিবুদি তৌগনি, ননে, তাচৌ অনিমক লাক্লুনা বীচায় তৌরগা এবু হাত্রিবা ফাওবা নঙগী থুং অসি থারোয়দবনি।

রুপা—(শককম হোংনা) করি য়ানো এদি ভাব তাবা ঙমজত্রে।

বীহারি—ভাব তাদবা য়ারোই য়েংউ……লুনা তিন্নরিবা মরুপ অসি নহাকপু মুংশিবদগী কায়নগদৌরিবনিদে। অদুনা ওসিদি নঙগী অরেপ্পা অমা পীয়।

রুপা—মরুপ কায়নবা কায়নদবগী য়াতুদি এনা খঙবা ঙম্নরোই, মত্তুদি তাচৌ শাবগী য়াখলনি অত্তুগা এদি লায়রবা মচানি, এগা মান্না তোল্লবী ভাইবং অসিদা কনা লৈত্রবীনি অপঙবা ইবুং অসি নত্তনা এগী কনা লৈজদে, এগী য়াখলদি এনা পিশক পিক্লিঙৈদগী এগী কনবতা তৌরিরকপা

(বীহারিদা হায়কেৎ য়েংলগা) নিপা অমা লৈ, মহাক নত্তনা ঐগী থম্মোয়দা কনাগুম্বা অমত্তুমী মৃন্নি তাজত্রি, ঐগী থরায় হকচাং পুম্নমকস্তু মহাক্কী মকমদা কথোকত্রবনি ……………
অদুনা…………… ।

বিহারী—ঐঙোন্দদি লায়রবা, ইনাকখুনবা, অত্তোনবা করিম্ব লৈত্তে, মৈত্তালনি শাগনি থঙ্না পায়রুরবা, হান্নুকনি চুগনি নীংনা তৈশিল্লরবা তুংশিক্তবগীদমক্তি কায়ররোইদবা ঐগী আশানি, নীংহন্নররোইদবা ঐগী রাখলনি ( চিংনরকপা ) নত্তে, রূপা মরাইবক ফবা মুপা অদু কনানো… ঐঙোন্দা অমুক্তা তাকউ ।

রূপা—রাকম অসি মত্তম অমদা থঙহন্ননগে ।

বীহারি—( মথুৎ থাদোকপা, শকফম হঙ্গিনবা ) হায়ম্ন রূপা মহাক অদু কনানো ?

রূপা—করিগুম্বা রাকম অসি ইচম চম্না হায়দোকলুরগা রাথল এন্ন-বিরমদুনা ঐবু শাউবিবা তায়বদি…. হায়দোক্লমদবনা ঐগী ফরমলোইদ্রা ?

বীহারি—নত্তে রূপা, নঙোন্দা কায়রোই হায়ম্ন মহাক অদু কনানো ?

রূপ—অদুদি ঐবু শাউবিগন্নুকো…রাকম অসি ঐগী থম্মোয়গীদি অরেপ্পনি, করিগুম্বা মহাক্না ঐগী পুন্সিবু মীরাই রন্নবদি… মহাক্কীদমক্তা ঐগী পুন্সি অসি পান্মুঙদ্রে ।

বীহারি—অদুবু কনানো ? ( থুমদবা ) নত্তে মরাইবক ফবা মহাক অদু কনানো ?

রূপা—( মরু লুরথরগা ) ঐগী পুন্সিদা তাচৌ শাবনা তাকপিবা

মতুং ইন্না হন্নাও হন্নাওনা য়াজগনি মতম পুন্নমক্তা ঐবু থা-দোকপিগনু। (খুরুম্বা)

বীহারি— (হন্নাওবা অমসুং সুংঙাইবগা লোয়ননা) রূপা ঐনা নঙবু.......।

লাইট ওফ

## ৯শুবা উৎপা- লম্বী

### মতম—সুনিদাংন্নাইরম্

(তোমালগা জমুনাগা ওজিংকী মরমদা ন্নারী শাদুনা চঙলকপা ঙায়হাক লৈরগা ওজিং মশামক্তা উনদুনা ন্নারী শান্নিহৈদা বীহান্নিনা তুমিন্না চঙলক্তুনা অরোনবা ন্না থন্না ভাখিবা)

জমুনা—নহানগী মরোল অদুবু করম তোবা ভান্নিবগে ?

তোমাল—নহালগী হায়বদি (মকোক হোৎপা)।

জমুনা—পাও চেনগদবদি শোমদানিদনা.......অদুক চেকশিন্না হায়-জরগা শিং হেক নাম্থোকপিবসিদি ঐবু ঙুংশিবিবগী খুদম হায়বদু ওইরে।

তোমাল—কাউবা হায়বা অসিদি....মী থুদিংমক কাউনন্নিবা ঙাক্লি, কাউধ্রমাল্লে হায়রবদি অমুক লৈবাক লোৎত্রবসু কোক হেক হায়দোকপনা কৎলোইদরনে ?

জমুনা—সুপা হায়বা জাং অসিদি লাল্লে কোবদা হায়নিংদবা জাং ওইরে.....আ.......মীওইবা হায়বসে লোৎপা ন্নাবা নত্তে

মুংশিদনা মুংশি শাশিন্নবা থবক্না হেক্তা মতাকই, লৈতালনা শামোক শাবসে মানদি মাল্লগা মো খোংঙ্ য়াদে হায়বগুম ওঃ করি হায়বগে ? নওয়ে থৈনা হংজবদি···ওজিৎ হায়বর'—তদোম্না উনবীগনি হায়বহুগী—।

তোমাল—ওঃ অদুগী ওইরে ঐদি অরুবা রাকম ওইরমগন্না খল্লবনি ···হেরা···পেনামুক লায়বা অদুগী ওইরে ?

জমুনা—পেনাদু খোংবা হৈতবী ঐখোয়দদি মরোল খোকউ য়াদেয়ে, অদুবু কমদৌবা তারবগে ?

তোমাল—মদুদি পুমলোই লোইরবা রানি, নঙগা থম্নরগা পাঙথেকনবা হায়দুনা কাউবগুম্না থল্লবনি। অদুগী ওইরে ইকাইরসনু মতাগুম হেক্তা হায়রিবসিদি······।

জমুনা—হো···থবকপু পাঙখোকপিরবদি ঐগী ইরাল ওইজরগে মরম অদু তাকপীরোনে নন্দগ্রামগী মাইবা।

তোমাল—লুপাদু য়াম্না লৌবদি যারোইদৌরি, অদুনা তুমিন্না লৈরবনি লুপা ২০০দি পোয়দনা পুরক্লগনি।

জমুনা—(ঙকল্লগা) করিনোনে তাকপিরিবসিবো·······মৌনি হায়বসু নত্তবা···· তগৎ ২ তেক্লিবী লৈশাবী অংবু লুপ ২০০ না হেক ফংবা য়াগন্ননে ? নাতৈ চাদবা রা ঙাক্তা······

তোমাল—নঙনা হায়রিবদু অচুম্বনি···অদুবু শেল অয়াম্বা ঙাইরিবৈদা মপাম চাকসু চাদ—মরা চাকসু চাদ কহামাং থুজাই কায় তারবদি করি কায়গনি ?

( মতাং অসিদা বীহারিনা থোরক্লগা রা পুন্নমক তাবা)

জমুনা—মমিৎ তাওবম্নু নত্তা, মথুৎ তেকপম্নু নত্তা··· লুপা ২০০গীদ দমক্তা হে···· হে··· মা নত্ত্রবদি নুপা লৈত্রবদৌনা···· কৈদৌনি হায়বগে মাবু হেনবা নুপা অমদা হেক পীরগা লোইরে··· আঃ ইমৌবু করিগী মীঙোন্দা হাজরুগদগে ?

তোমাল—( লুখম খোৎলগা ) নঙ অসিদি ওম্লোক্লা পঙখ্রবা হায়বত্নু ওইরে, মীনা হায়রিবসি করি লৈবগে হায়বদি ইখন হেক খন্দে, ঐনদি অমত্তা ওইবগী রাখলদা লিলম্নু শিবা চৈশুম্নু তেক্তনবা খল্লি (খুৎ য়াওনা) অতৈদি লাইরি ঈশিংগা থাওগা তারিবা য়ুম অসে তিম্মনবা অমুক্তা হোৎনখিসি মত্থুনা ফরগনি ।

জমুনা—মাগী কারল অসি হেক্তা হৌরকই. রাকম অমতা মেন তানা ভাংনবা য়াদে, ওম্লোকপা মী হায়বত্নু ওইরে, ঐদি নহালমথৈ পুঙলমদে হৌজিক্তি ঐনা তৌগদবসি লুখ্রেদা ।

তোমাল—লুগনি লুগনি, চৎনবা য়ানবা রা ভাংনবগী মহুত্তা শাউনবা মচাক কোয়খোম খোমত্থুনা লৈরবনিনা থবক খুদিংমক লুকম থোকই ।

জমুনা—ঐগা অমুক খৎনদ্রবম্নু নুপানিদনা নুপাগী রাখলদা অসুম তৌরগা কৈ হায়বত্ন হেক তাকপিরগা লোইরেদনা····অত্থুবু করি লৈবগে ।

তোমাল—নঙবু অশিংবী নুপী অমা ওইহন্লিংথুনা তৌবনি ওম্লোক্লা পঙখ্রেদা—সে লুপা ২০০ অসিনা রুপাদা পীগ্রগা মপুন্সিগী ওইগদবা নত্তেনে, অহানবগী অসিমত্তনিনে ইবাবিন্না রাগদবসে,

মতুংদদি ইরারাদনা পৈশাসে থা খুদিংগী শর ২ লাক্লগদবনি, হৌজিক মঙগী লুপা অয়াম্বড় ঙাইরিরিঙৈদা …করি হায়ম্রে… মাগী বীহারি হারবচুনা নিতিগী হোদোংনা উচি লুমবগুম লুমলিবদাই…করিগুম্বা খুদোংচাবা কংজুনা হোদোংনা হেক লাকপ্রবা, উমাইবীনা ঙাচেনখিবগুম হেক চেনপ্রবা করি তোহোবা ঙমগনি মাদি রুপাবু য়েোংনা চ পায়বগুম কৈদো- ঙৈদা খাদোকপিরক্লোই. মতম অদুদা নহাক্কী করি কান্নগনি মঙনা ঈ মতুমদগী য়েোক্লক্লবদা করিগী মহৈ চারমদাইদা অচুক পঙথরিবনো ? নঙনা হেক পোকচবা নচামক্তি নত্তেদনা ।

জমুনা—তাকপিরিবা পুন্নমক শোয়দনা শীঙ্গরগে, ঐনা লানবা ঙাক্তনি, অদুদি ঐস্থু চঙজহোরগে, হোরেনবু চাক হাপ- চগদ্রে। ?

তোমাল—লাকপদি লাকনি অদুবু চাক্তি হাপলগনু ।

জমুনা—হাওববুদি য়ুমগী চাকনা হেনকম খোকইদা….

তোমাল—হুম…মাতুগী নত্তে হুপীমচাগী মতৈনা চাকৌনি হায়দুনা য়ুমদা লাকপা অনিরক শুরবনি, মাসিদা চৎলুদ্রবদি য়াম্না নুঙাইখিদবা তারে অদুননি ।

জমুননা—ভঙাই কদবা ওইরবদি কমদৌনি, ঐ চঙজহোরগে

তোমাল—চঙঙো চঙঙো অদুগা মরম অসি অঙাংশিংগা খঙহনবা য়াদেকো….।

জমুনা—( মহুংদগী ) য়াম্না কগনি—ভাব তাজরে—।

তোমাল—( মথন্তা ) শিংইদা হে তোমাল নঙগী লৌশিং অসে ঐনা নীংবা শোয়দনা থুংলগনি, মীনা হুপী অমা খিনবা হোৎনবদা লাইর ভাল্লবা মতম অসিদা তোমালদি ইশাগী মথক্তা কিরায়া কংবা তারে, কন তান চারে, হন্দকী মুপী অসিগী হাক্তক্তা ইচানা ইমৌ পুরক্লগা লৈবা য়াগদবা পঙচোপ চোপ্তবা য়ুম অমদি শাহোৌদবা য়াদ্রে। হৌজিক জমুনাবু থাদোকখিরোই মাগী মরম তুম্লবা মতমদা থাদোক-দবনি।

ওজিৎ—( চঙলকপা ) ঐখোয় খুড়া…দি কদোমদা লেংবিরুবা?

তোমাল—এঃ ইবুংঙো ঐ থোকচোমদা অনাবা অমগী চৎলুবনি, আঃ….ইপা ইচা ঙাংনবা য়াকমডুদি করম তৌবা তারে… ?

ওজিৎ— মতুগীদমক্তা খুড়াবু উনজনিংডুনা ঙরাংদগী থিজরিবনি, খুড়াগী থবক অসিনা থিবদা ওস্থোক্না য়াথরে; ওস্থোক্না চিনথ্রবা থবক হায়বডু ওইরে।

তোমাল—ঐবু থিবদি খরা য়াগনি ইবুংঙো, খুড়াগী থবক অসিদি লৈবাক্কী সেবানিদো—অদুবু হৌজিক করম তৌসি হায়বগে ?

ওজিৎ—খুড়ানা তাকপীবডু শুবা ঙমদ্রে, খরদি য়াৎপা তারে, চিংনবীগমু থবক পাঙথোকপা মুমিৎ অডুদা খুৎশিন্নজগে; হৌজিক লুপা ৩০০দং পুজরকই, মাসি পায়বীহৌরে।

তোমাল—শোয়বদি শোয়হনগমুকো ইবুংঙো, ঐখোয়না তিন্নরিবসি

সুপীনিদো অদুনা চোপনিংদে, ইমান ইমাম্নবা ওইরবদি কৈদো করি হায়বগে ইবুংঙো ... .... ... ?

ওজিৎ—অচুম্বনি খুড়াগী মায় চোপ্তুনবা নচানা তোংনজগনি করিংমতা চিংনবিগন্নু— ( ওজিৎনা পৈশা পীবা তোমালনা লৌবা )

তোমাল—অদুদি ঐস্ন য়ুম অমুক্তা য়ৌরুখিগে ইবুংঙোদি কদোমদা ?

ওজিৎ— ঐস্ন য়ুম য়ৌজরনি, লেঙবিরো খুড়া ( অনি কারম খোকখিবা )

বীহারী—ইস.... ... কিরেদা,.... .... মীশিংশি য়াম্না ঙমগদৌরিদা মতু শোনবা লায়রবদি মখোয়গী মরক্তা লৈহেন্দ্রবা, মখোয়গী কান্নবা থিবদা জাতিগী মান মর্য্যাদা ঙাক্তবা মীগী মচা লৈশাবী অমবু মখোয়গী খুশিদা ললোন-পোৎ ওইনা শীজিন্নগে হোংনরি। ..... ... কে মখোয়না ঙমবা মথৈ হোংনসনু ঐস্নু মচিন মপুরাগীদমক্তদি ঙম-মথৈ কৎত্রবশিং অসিদগী কন্নবা লাকনগে,

বীহারী—রাফম অসিদি ইতাওদা খণ্ডহনবা চুমই— । অদুবু মাদি মচনগা ঐগা লৈনবা মরিশু য়ুম্না খঙলবনি, করিগুম্বা মাগী রাখন্দা ওন্নবা পুখিদুনা ঙাইঙমদবগুম্না খোক্লবদি চোপ্পা নঙগদ্রা ? মঙোন্দা রাকমসি খণ্ডহন্দনা ঙাক-খোক্লবা হোংনবদা করিগুম্বা ঙমহৌদ্রবদি ··· ···· ঐদি রুপানি অকায়বা লৈতে, রুপাদি সুপীনি মাগী মপুন্সিদি

মাঙলবা ... ... .... অদুদি রূপাগী কনবগীদমক ঐনা চোপ্পা নওদ্রনা রূপাবু লৌবা ফংগ্রবস্নু কৈ পাউ অসিদি ইভাওদা তমদবা য়াদে .... ... .... ...।

লাইট ওফ

## ১০শুবা উৎপা

### সুমিদাং বাইরম "লৈকোল'

রূপা সনাপুল অমা পুন্ডনা ঈশিং শোকপা লাকপদা লৈকোলগী ফজবা উবদা য়াখলদা ইথক অমা হৌরক্কুনা লৈ অমা হেক্লগা মহোশা কৌবী লাইরেম্বীবু থাগৎচরি ॥

রূপা—মহোশা কৌবী লাইরেম্বী, ইমা নঙগী খুৎশেম রেংবগী পেনবা নাইদে, হৈপাল লৈপাল খুদিঙদা ফুগায়না শাৎলি, লৈরাং খিবিক্লা, মীংথিজবা লৈরাংবু উবদা ... ... মায়কৈ মরিমক্তগী খোইমুনা লৈরাংগী লৈহৌ চুপকদবগী পাইরকলি কল্লক চাউবা খোইমু কয়ামা লৈরাং মগুংলাংগীদমক.... অমগা অমগা ওনশিন ওনশিন চিকথংনদ্রনা খোইমুগী মপুন্সি অরেম্বদা মাঙহল্লিবা, অঙকপনি, .... পূয়মক অসে তাইবঙ শেম্বীবা মপু মহাক্কী খুৎশেমর্মনিকো! লাইথক থীবী ননাইগী থম্মোয় লৈকোন্দা শাৎচরিবী লৈরাংদা

কাইদোংজরিবা খোইমু মাওদি লৈরাংবা লৈমল চনস্রি-
ঙৌদা কায়না মৈশা লাংহনবিগনুকো. হে ঈশ্বর ॥

( সুন্দা ওাইহাক য়েংলমলগা ঈশৈ শকপা )

রুপাগী ঈশৈ ॥

লমদম তামনা পাইরকপা খোইমু
নীংহয়গে খল্লবরা হো—নীংহয়গে খল্লবরা
রানা খাওজবী লৈরাংগী পুন্সিসে
য়েংলমদনা চৎলগেরা হো—য়েংলমদনা
চৎলগেরা ॥ কোয়ো মতুং ইনজবী লৈরাং
ইকাইখিবী শিঙেল চুমিৎলৈ ওয়া ওয়া
খাওজরি সুংশি মৈচাক. নীংহয়গে খল্লবরা
শাৎলি লৈরাং লৈকা কয়া পাইরি খোইমু
শঙ্‌, শজুমা পাইরি খোইমু শঙ্‌, শঙ্‌না
( ভুংলোমদগী বীহারীনা রুপাগী মমিৎ থুম্বা )

রুপা—কনানো—সে থাদোকও, মী উথ্রগা কক্রদে, ( বীহারী
থাদোকপা রুপা ইকাইবোই করিবোই নোকমি নোকমি
হায়রকই ॥

মশাগী লৈকোন্দা শাৎলিবী লৈরাংবু, লেমনা হেক্কুনা
নাপদা খেৎচবা ওমদহনা নাকোই চৎনিংবা অয়োনবা
শাজৎ পামজবসিবু নিপা ওইবগী অচুম্বা শাজৎ ওইগনি
খনবীবরা ?

বীহারী—এবা হায়বা রাকম থুদিংমক অচুম্বা ওইগনি নীংবনু

নীংমনবা খোকনিদা, অরাংবা অতিয়াদা খোকলিবা কোয়ৌ হনববু য়েংবদা খুবাক লাইখল শাদবা কনা য়াওবগে ? — আঃ মথৌনা কবশিংগী মতৌ তম্বদি ঙম-জদবা অদুগা .... ... .... ।

রুপা—তাচৌ শাবনা থম্মোয় শেংবিদবনা পাজল অদুক শোন-বীবনি. ক'রিগুম্বা থম্মোয় অদুনা শে'বিরমলবদি অরোনবা শাজৎকী মহুত্তা থরাইদু থাবা ফাওবা কিবিরমলোইদবনি।

বীহারী—চুম্মী রুপা. মরুপকী মকমদা অরানবা রাখল থল্লুবা ঐগী ইরালনি, অদুবু ইরিল ভুরেল—ইন্ফাল ভুরেল অমি পুন্দুনা লোক্তাক য়োৎবগুম—বীহারী অমসুং রুপাগী পুন্সিগী থুংশি খো'চৎসু অমত্তা ওইনা পুন্দুনা শাংলবা পুন্সি লমশাং চৎমিন্নশি থল্লুবনি অদুদা ... .... .... ।

রুপা—অদুদা নী'হন্নবা রাখলনা থিংলে অসি নত্রা ?

বীহারী—নত্তে রুপা. রাখল অদু লাল্লে, মিৎয়েং অমদা ইচল গুপী. অদুগা মায়গৈ অমদা ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী, অনি অসিনা মরম ওইদুনা হায়গে নীংবা রাইহেসু লেমলৈ ঙানা রা ঙাঙগে তোবদা লাইজ ঈশিংনা পনবগুম পাক হেক চায়দোকপা ঙমদবনি । ( মরেংবান্দা খুৎ নামা অরাপ্পদা খুৎ নাম্মনা থিল্লগা ) য়েংউ রুপা মাঙদা উরিবা লৈকোল অসিদা শাৎলিবা লৈরাংশিংশি কয়াদা কজর-বনো ? অদুবু মরাইবক থীরবী অথরবী লৈরাং অমথক্তি

খঙহৌদনা য়েক্লবগী নোংলৈ চুংশিংনা হুমহুনা অপাম কাদা থুংত্রিবৈগে সুংশি নাক্তস্থ য়ৌদ্রিবৈগে কায়না মৈশা লাংডুনা অরা ঈপাক্তা ভাগদৌরে, পুন্নমকসে খোক্তি ঙৈগী মমাঙদা ফলহৌবা ডম্বরা য়েংসে হায়দুনা নঙগা তান্নগে লাকপনি ....।

রুপা—করি মরমগী কনাগী খুজিল খোরাংবা....।

বীহারি—ঙাক্তংকী মরমগীদমক পৌম পান্থৌ শক্লবী ননেম অমদি ভোমাকগী খুত্তিন্দগী শোয়দ্রবনি মসিদা নহাক্কী রাখলনা করি.... ? ঐনা লাকপগী মরম অসিতনি—।

রুপা—অকক্লবা মতমদি—?

বীহারি—মাহুদি ঐস্থ খঙহৌদরে, য়াম্লবদা হাপ্তা অদিগী মস্তুংদা খোক্লবা য়াই ....!

রুপা—অদুদি করম ভৌরগা মখোয়গী মথুক্তগী নানখোকপা ঙমগনি, মরম পুন্নমক ফগদবা য়েংহিরগা ঐগী রা অমুক থাকপিরগম্ব.......।

বীহারি—( ডাইহাক খল্লগা ) অদুদি ঙসি হয়েং অসিদা নহাক্লা শোয়রোইদবা......আ—মাসিদগী হেনবদি য়াত্রবনি......।

রুপা—অদুদি হয়েংগী ৎদোং চাগদবদি......?

বীহারি—ঈশিং শোকপদা সুমিদাংবাইরম খরা খেঙ্না খোরক্লো ঐহাক মকম অসিদা ডাইদুনা লৈরম্লগে।

রুপা—মকম, মতম চপ চানরে মরম পুন্নমক অদুম কমবা শিনবীরক্লো।

বীহারি—অদুদি ইতাও উংক্লখিগে ( খরা চৎলগা ) অদুগনে হয়েং

অসি করিগুম্বা শোয়রবদি পুন্নমক মীগী মথুক্তা খওলেদনা···· ।

রুপা—শোয়দনবা শীনবারো (বাহাবি য়েংশমগা চৎখিবা রুপা য়েংদুনা য়েংদুনা লৈহোবা)

রুপাগী ঈশৈ—হা···চেক্লা তেনৱা

কদায়দনো নহাকপু

কম্না শুনসি পুনশমদে

থাদোক্রসি থাঙমদে

হা···চেক্লা···

নাক্তা লৈরে য়েংঙমদে

লাপ্না পাইখ্রে নিংঙমদে

পাইথিনু লাপ্না চেক্লা ও !

তোংবাম্ন থম্মোয় আক্লাদা

হা···চেক্লা···

বসন্তগী ঋতু ওইবনা

শাংলি লৈরাং ফুগায়না

কায়দোংলরো চেক্লা নঙবু

পোম্বী ননিং তমনবু

লৈরাং লৈহি চুপলরো

হা···চেক্লা তেনৱা······· ।

(মতাং অসিদা তোমালগা জমুনাগা নাকল অমা লৈথি প্রতাপনা রুপাগী তুংওইননা লেপ্তুনা লৈ, ওজিং রুপাগী য়েংওইনবা চঙশিল্লক্লুনা লেপ্তুনা লৈ)

ওজিং—থাদোকলোই পুন্স চুপ্পা থাদোকলোই ( রূপা তকনা য়েংবা করি তৌসিগে খনবা ) হা—হা—লৈরাংগী থরাইনা থোইমুনি, থোইমুৎ পুন্সিনা লৈরাংনি, অনি অসি থাদোকনবা য়াবা বত্তে ( রূপা ঈপিং পুগনা চংকে তৌবা )

প্রতাপ—ঐখোয়, ইবেম্মবু উবজগে হায়রুনা লাকচরিবনি ডাইহাক্তদি ডাইবিথো .... ... .... ।

রূপা—তাদবু মচুংদা অমুক উনবনা করগনি, ওসিদি খরা থেংথরে ইনেনা চৈরমলগনি ( লম্বী থিংখিবা ) লম্বী থাদোকপীয়ু ঐবু অমুক পম্থহনবীয়গনু ।

ওজিং—ওসি ওজিংনা রূপাগী লম্বী থিংশিনসিদা রূপানা ওজিংগী নীওবা থুংহল্লয়গা চংখিবদা রূপাগী লম্বী কনামত্তনা থিংলোই, অহূগা মুংশি মথক খওবী রূপ ওইনা চংখিবা তারবদি হোজ্জিকমক নহাকী লম্বা ওজিংনা থিংদি ।

রূপা—পুন্নমক অসি ঐবু থুংশিবীহুনা তাকপাবা ওাক্তনি অহুবু ওসিদি রায়োবিগনু, ইমেনা ঐবু শাউরম্লগনি লম্বী থাদোকপীয়ো ( নমহুনা চংকে তৌবা ওজিংনা মথুং কাবা ) সে থুং থাদোকউসে .... ... ... ।

ওজিং—থুং থাদোকদবা নত্তে, অহুগী মছহন্না ননেগী রাখল থাদোকউ মথোয়নু পাথং লৈশাবীগী কুইম্মে য়াওয়কলিবনি, অহুগীনু মথক্তা ননেদি ওজিংকী রূপাবু কদায়দা শোয়খিদগে হায়হুনা কুপ্পা শেম্মজরিবা ইমা শকপীনি, অহুনা

ঐগা লৈফিগ্গরিদৈদনি করিগুম্বা মীরা মীশা অমস্তা ভারোই নপুক্লিং চিংনগম্ব রাখল চোইরগম্নু রূপা ... ... ... ।

রূপা—সে খুৎ থাদোকলো সে নঙ্গপা রারি শানবগী মতম—লৈতে থেংখ্রে থাদোকলো সে ... ... থাদোকলো ... ... ।

ওজিৎ—হা—হা—হা কাম্নদেদা রূপা, ওজিৎকী খুজিল থোরাংবা মায়কৈ মরি লাংথাক্লবনি, নঙগী চঙজকম কদায়দনো নীং-থিনা হায়রিগে অসিদা মুম্না থল্লু, নহাক্কী পুক্কিগী অরা মুংভায়দা লোয়নগদবা মুংশিরবা নিপা অমগী মকমদা করম্বা রাভাং ভাংবা—করি ব্যাবহার তৌবা হৌনবগে হায়বত্রু মুম্না থল্লগা ঐভোন্দা অশেংবা পাউথুম পীবনা নহাক্কী য়াইকবা ওইগনি ।

রূপা—হুম ! অরা মুংভায়দা লোয়নগদবা সে রায়াম ভাওচুনা কাম্নদে ঐবু মতম মাঙহল্লগন্নু থাদোকউসে ঐদি ওজিৎপু মশক খঙবী মুপী অমা নত্তে—সে ঐবু থাদোকউসে ... ।

ওজিৎ—থাদোকপা—হা—হা—হা মকম অসিদা ঐনা রুপাবু থাদোকদবা নত্তে, মকম অসিদগী রূপাবু পুরগা ইমাগী মথুক্তা শিন্নদ্রিবা কাওবা ঐনা থাদোকলোইদবনি — ।

রূপা—তুম্মিন লৈয়ু কানিংদে, নঙ চোপনিংবরা ?

ওজিৎ—চোপনিংবরা—হা—হা—হা আক্লাদা লৈরবা তেনরানা মখোঙদগী য়োংহ্লিং, নাম্থোরবা হোংলবগুম রূপানা ওজিৎ-কী মকমদগী নাম্থোরবা লাক্লি । হা—হা—হা কাররুরোই

রূপ', সুপীনা মুপাগী মথুগুগী নাম্ভোকপা ওইখোক্ত্রবা রানি —য়েংউ নগুবু কানবগীদমক মায়কৈ পুম্নমক শেম শাদুনা লৈযিবা মীয়াম অসে উয়রয়া ? কনানসু নগুগু কন্নরোই, মচুগী মচুত্তা ওজিংকী মাগুদা লেমনা চত্ত্রা, কোম্লুংগুম্না মুংঙায়রবা ঐগী য়ুমদা নানিং তৌনা লৈয়ু — লাও ঐগী মাগু খাদুনা চৎলো লাও ( খুৎ থন্না কোমথোকপা ওজিংকী মমাম্নদা খুপাক্লা থায়রমলগা চেনখিবা )

ওজিং—ইয়া, কদায়দনো নগুনা চেনগদবা—থৎলু লমহেনবীদু ওসিদি শা-ষণ লাক্লবগুম লাক্লগে খগুগনি ( তান্নখিবা )

প্রতাপ—তামৌ ভাই, সুপী প্যাম্বা চুপানবু লেম্না তোকপা হৌনদে মানা লম্হেনবা য়াগত্রা ( চেনাখবা ) ।

জমুনা—(পাখত্ত্রনা থোরকপা ) করমনো তৌরিবসি মবুং তারক্ত্র- না রা থোকপা তারে ঐদি মাগুলেদনা ( কোক্তা খুৎ হাপ্না)

তোমাল—করিগী চিংনরি—মবুং তারবসু ইমুংগী ওইনা কনবা শীনগনি, অসি য়ৌরবদি করিমত্তা চিংনগমু য়াম্না তপথ- গদবনি ( মমুংদগী রূপানা ঐবু থন্না কনবীয়ু হায়না লাউ- রকপা ) লৈকায় তাখিবা য়াওরবদি য়াম্না কজররোই চগুলসি — ।

জমুনা—(পাখৎনা) অদুবু করম তোগদগে ?

তোমাল—হেরা হৌজিক্তি ইমুংগী অহলনা তৌকম থোকপা থবক্তো চপ চানা তৌরগদবনিনে ওম্ভোক্লা পঙত্রেদা—।

জমুনা—অদুদি চঙপ্রগে—রুপা সুপীমচা করি তৌরবগে রুপা,
(মনুং চঙখিবা) কদায়দনো তৌরিবসিবু—হো সুপীমচা…রুপা।
( তোয়না ২ কৌবা তোমাল নোক্ননা য়েংহোবা )
লাইট ওফ

## ১১শুবা উৎপা

(মোংশোং ময়াগী লম্বী)

সুমিদাংগী পুং ৭ তাবা মতম

মতম অসি মমথরে
ব্রজ, বীহারি রায়ী শাদুনা লাকই ॥

বীহারি—ইতাও, ঙসিদি ঐ রা অমত্তা হায়জগে, রাকম অসি যুম্না খল্লবা মতুংদা ইতাওদা তাকহোবনা কপদরা খন্দুনা হায়জবনি !

ব্রজ—করি রাকমনো ইতাও ? য়াম্না লুনা খনখবিখরেদা।

বীহারি- অরুবা রাকমনি ইতাও, মসি ইতাওদা তকশিনবগুম খনবিদুনা ঐবু শাউবসু তৌবিগনু, তুংদা নিংঙমলক্তবা য়াই।

ব্রজ—এঃ অদুগী ওইরবদি ঐসু যুম্না খঙজরে, রাকম অসি ঐগী রা অমুক খাক্তনা পাঙখোকখরো হায়বসু ইতাওনা ঐবু তাইদুনা লৈরে, মসিদা ইতাওগীদমক্তদি ঐ লৈদো। অদুগা ঐগীদমক্তি মহাক নত্তনা কনা লৈতে, মসিদা … …।

বীহারি—মহুস্ন চুমই—অহুবু মীওইবা হায়বসি নোংক্লা চাউর্কবি রাকম অমনা ইতাওগী নক্ষমদা ঐগী অরানবা রাথল অসি করম্বা মতমদা চুমথোকদগে থনজবনি অহুবু নোংম-নোংমগী ইরালনা ইপোৎ ফাজিন্নকপে, ইতাও নঙোন্দা হায়গে নিং-লম্বহুদি মথা তাজররোই, অদুগা তাক্কবা য়াদবা রাকম অমদি········ ।

ব্রজ—করি রানো হেক্কা চায়ম্বা ইতাও ?

বীগারি—তোমালগা ইনেপা তাম্নহুনা ওজিৎতগী শেল লোথরে ।

ব্রজ—মরমদি—?

বীহারি—রূপাগী মমল—অহুগা ইতাও থবক অসি কুইরবদা গুসি ৪ নিগী মহুংদা থোক্লরগনি, মসিদা ইতাওগী রাথল মতুং ইননা থবক মথা চৎথবনা ফগত্রা থন্দুনা — ।

ব্রজ—(থাজদবা) অদুক কোইনা তাকপীত্র বস্ন ঐগী ইমুংদি ইতাওগী ইমুংনি, অমস্ন অমস্ন ইতাওগী নীংবা মতুং ইন্না শিনবি-থিবদা, ঐগী য়েৎপা ওম্বগী পাঙ্গল করি লৈরিবগে ? হৌবদগী লোইবা কাওবদা ঐগী ফনবতা শীনবিরকপনি, মদুস্ন ঐ কাউজদে ইতাও, নীং তম্বীম্ন করি চিংনবগে ?

বীহারি—(শককম হনজিন্না মকোক হোত্নুনা) ইতাওগী রাথল অহুবু ওমবগুম থোকলোইদরা ?

ব্রজ—ঐগী ইমুংদা থবকী হৌকম ওইবননি, থনবিরিবা অহুস্ন চুমদে করম হায়শিগে, অদুম ওইনমক ঐগী রাথল অসিস্ন থোইনা ওমরোই ।

বীহারি—(রাখল) চুমই মহাক্না খল্লিবা পুম্নমক অচুম্বা ওাক্তনি, মরুম-দি রাকম অসি মাদি করিস্থ খঙদে অমনুং তাহৌ উহৌবা মস্তে, মহাক ঐগী মরুপনি, মরুপকী মচন্দি ঐগীস্থ ইচননি, মরুপ কায়নব—নত্রশা রুপা কায়নবা (ফোঙমা) ইতাও ঐদি মরুপকী মকমদা য়ামনা লানখরে, পাপকী মশক ওইরবা শাতনা চৎক-দবা লিচৎপু ঐনা ··· শাদগী হেন্না তোম্নবা নঙগী মরুপপু অমুক্তা ঙাকপীয় ইতাও, মচল অমগী মকমদা মবুং অমগী তোক্ষম থোকপা মথৌ অদো ইতাওনা চানবীতুনা ঐগী শরুক থুংবিয়ু, লানগ্রবা ইরাল অমুক্তদি ঙাকপীয় ইতাও।

ব্রজ—ঐবু শাউরবরা ইতাও, ঐগী রাখল মচু নস্তে, কৎথোক-খ্রবা দাল অমুক হনজিনবা হোনদে. ঐবু শাউগনু, ইতাওনা ঐবু শাউবা চুমদে মচুগী মহুত্তা (মমায় নৈথোকপা মী খরা লাকপা উবা) ঙাইথো আদা মী খরা লাকলিবা অসি অমুক্তা য়েংউ করিগীনো কনা কনাবো ইতাও, খঙবরা ? (অনিমক য়েংবা ব্রজ মমায় নৈথোকখিবা)।

বীহারি—ঐগী ইচিল অসিনা চায়দোকপা ঙমদ্রে ইতাও হুপী অসি মচিনস্থ পুনলি কনা মানবগে অমুক্তা য়েংবিয়ু।

ব্রজ—(য়ান্না ইকায়বা মশা নিকনা) ঐগী হুকচাং অসি নিক-খিবনা মীশক খঙবা ঙমদ্রে, ইতাও নঙ অমুক্তা য়েংউ কনা কনাবো, ঐথোয়না করি তৌশিগে? ঐগী মীংবসিদদি কায়হনগনু ইতাও।

নীহারি—করিমত্তা চিংনগন্নু ইতাও, ঐখোয় নারক অসিদা লোৎ-
ভুনা ভাইহাক নৈথিসি কিংগন্নু তপথো (অনিমক মরুমদা
চগুখিবা, ওজিংনা ঈনবোই চিংবোই পুরকপা, রুপা খুরু-
খুদক কৃন্না ভুবা, মথোয় অনিনা ভুংমাং থত্তুনা ফম্বা,
রুপানা মচিন পুনবত্ত লৌথোকচবা)।

ওজিং—হৌজিক কনাসু লাক্লরোই মফম অসিদা ভাইহাক
পোত্থাখিসি।

প্রতাপ—য়ুম য়ৌশিনবনা করোইদরা ভাই?

ওজিং—য়ুমদি পুং ১ গী মতুংদা য়ৌরসি। মী কনাসু উরোই
অচিকপা মফম অসিদা ভাইহাক লৈবিসি (রুপা চেনগে
তৌবা প্রতাপনা ফাবা, ফমথবা)

প্রতাপ—ইবেম্মা নহাক শাউরগন্ন, সংসারসি অসি ভাক্তনি,
অহল-লমন্না হায়না-শিংনবা, মশা মশানসু য়ানবা হায়বসি
চাযগী মপুংদা থরতনি, অয়াম্বদি ভসি থোকলিবা থোদোক
অসি ভাক্তনি, মতানি তেন্নানি নৈমিন্নরগা হঙ্গোইবা করক্র-
গা য়ুধ অহূদা লৈবা মতনা হেন্না হৈনগদবনি, নত্তোন্দা
করিমত্তা চিংনগন্ন। (রুপানা শাউনা লৈথোকহুনা লৈবা)

ওজিং—রুপা, ঐনা নত্তবু মাতহনগে তৌবা নত্তে, ঐদি নহাকপু
তশেংনা পুংশিজবা প্রেমিক অমনি অতুপা থবক অসিমক
খুড়া তোমালগা ইন্দোলগা য়াওরমত্রবদি পাত্তথোকপগী
আশা লৈতে, পূন্নমক নত্তগী কনবগীদমক ওইবনা ইন্দোলমল্লা

ঐগী ইতেং পাংলিবনি, (প্রতাপতা য়েংদুনা) ভাই ঐখোয়না দিন হুংঙাইরিবৈদা মী উখ্রবদি শোয়গনি. হায়-কেৎ য়েংবিরুচো।

প্রতাপ—ইহে....ঐ রাখল অমা তোরুরে, মহুনা চুম্বা তাই (চৎকে তোবা)

রুপা—তাদা চৎপিখিনু কনাসু লাকলোই।

প্রতাপ—ইবেম্মা ঐ থুনা লাকনি (চৎখিবা)

ওজিৎ—রুপা, নঙ শাউগনু হৌজিক্তি থবক অসি পাঙথোক-লেদো অদুনা নঙগী নীংবা থুংদবা পুম্নমক ঐগী মায় য়েংদুনা কাউথোক্লো, পুম্নমক অসি নঙবু হুংশিবদগী থোকলিবনি, শাউরগনু ইবেম্মা (রুপা হৌগত্তুনা চেনগে তোবা ওজিৎনা মথুং পায়দুনা চিংথবা, খুরু খুদক কুন্দুনা তুবা মশা নিকনা, শাউনা হায়রকই ওজিৎনা চঙশিন্নকপা উবদা)

রুপা—চঙশিন্নকনু—ইশা শোকলকনু (পাম্বোম মরু পায়বা) থা-দোকউসে — — ।

ওজিৎ—শাউগনুনে, হুপী ওইনা পোক্লগা শাউবা ফত্তবনি সে বা হায়গে (চঙশিনবা)

রুপা—চঙশিন্নকনু মায়থাবা (মমায়দা তিনশিৎপা)

ওজিৎ—(শাউরপনা) রুপা—লাইরেনগী খয়াত্তগী শজিনু কনানা কনবিগনি? অচিকপা অহিং কনা উত্রবা নারক অসিদা ঐগী নাংঅবা লম্বীদা চৎপদা কনানা খিংলগনি, কায়দে

রুপা, ঐগী আশাদা অমুক অপনবা পীরগনু ( মথুৎ অমি পায়শিন্দুনা নমথুনবা লাক্লবা রুপা কম্না কম্না তুং হন্দুনা খাণ্ডবা )

রুপা—খাদোকউসে—(মখক্সাইদা খুপাকনা থাবা )

ওজিৎ—হা—হা—হা মুংশিবা মশক খঙদবদগী রুপানা ঐবু শাউরি—মুংশিবা কদায়রু কোবগে হায়বদো ঐনা নঙ-ঙোন্দা হৌজিকময়ক তম্বীগনি (রুপাবু ইনথুদুনা লোংনা তুখিবা, ওজিৎনা রুপাবু মমদুনা থমলগা মাগী নীংবা পাওখোক্কে ভোবদা বীহারি চঙলক্কুনা খাম্বা )

ওজিৎ—হৌজিক রুপাবু ময়েক লানা মুংশিবা কদায়রু কোবগে হায়বদো ওজিৎনা তম্বিগনি !

বীহারি—মুপী, খাদোকউ ওজিৎ—মুপী মচা অদুনা উৎলিবা নপাঙ্গলদো ননীং থুংনা লাক্লবা য়ারগনি, মুপীদু থুনময়ক খাদোকউ ।

ওজিৎ——(পৈনা য়েংদুনা শাউনা ) কনানো ? ( রুপা ওজিৎ চোগৎপা, রুপা কপ্পুনা লৈবা ) বীহারি — নঙসু ঐগী এগেললতা ? ( সংত্রিক য়েংবা )

বীহারি—য়েস, ওজিৎ, লাউ রুপা য়ুমদা চৎলসি ( মথুৎ পায়দুনা চংকে ভোবা ওজিৎনা মথুৎ মামা পায়দুনা চিংলগা রুপাবু ওজিৎকী তুংলোমদা থমখি )

ওজিৎ—ঐগী খুত্তগী মুপী পূবা ( থাঙ শৎলগা মুক্কুনা ) মিষ্টর

বীহারি—হৌজিক সুপী পুবা য়ারগনি, ( মুক্তুনা লৈ )

বীহারি—কাম্নরোইদা ওজিৎ, নশক মুন্না খণ্ডবনি, সুপীগী মরমদদি থোদোক অসি পামলমদবনি অদ্বুবু—(চঙশিন্নবা মিৎকম য়েংলকপা )

ওজিৎ—(থাঙনা থিনগে তৌবা, বীহারি খরা হন্দোকপা ) হাঃ হাঃ হাঃ থাঙগী মমাঙদা থোনা কবা শারি, নঙগা পোক-মিন্নবা নচললা—সুপী অসিগীদমক অরেম্বদা হাঃ হাঃ হাঃ কাম্নরোই বীহারি লেমনা হলহো ।

বীহারি—(খঙলাও লাউবা ) ওজিৎ !! ( ওজিৎ খংবা, তুংদগী রুপানা চৈ অমা থুন্নগা ওজিৎকী মকোক্তা থাবা মকোক ভাওদুনা )

ওজিৎ—ভাই প্রতাপ ! ভাই ওঃ ( তুথিবা ব্রজ চঙলকপা )

ব্রজ—ইতাও ! ( মমায় ওস্থোক্তুনা চপ য়ুংনা লেপপা প্রতাপ চেল্লক্তুনা ওজিৎপু কোনখৎতুনা ঈ নপথোক্তুনা লৈ, রুপা মবুংবু ইকায়হুনা বীহারিগী মতুংদা লৈশিন্দুনা কপ্পা )

বীহারি—সুংশা থিগনু রুপা, নঙগী নরাল লৈতে, থোদোক অসিগী মরম কুপনা খঙই, মী উখ্রগা ফজদে নঙগী তাচৌগী মতুং ইল্লু য়ুম য়োরসি ।

ব্রজ—ইতাও নথোর অনি য়ুম য়োরমলো, ঐ ভাইহাক লৈহৌ-থিগে । (প্রতাপনা মতাং অসিদা লোন্না ব্রজদা য়েংথি )

বীহারি—ঐ পূন্নমক খঙলে হৌজিক মতাং চাদে য়ুম য়োব্না

ফরগনি, মতম লাকখিগনি ইতাও, জেন্টলমেনশিং নখোয়মু মীতৈ মচা ঙাক্কনি, নখোয়গুম্না—নখোয়দা করিম্ তোরোই চিংনগনু, অদুগা মতুংদা সুপী মচা অসিম্ নচলগুম খনবা ঙমদ্রবদি—ঙসিগী অসিনা ফাষ্ট ব্রানিংনি হায়বসিদি কাউগনু ......লেংঙসি ইতাও (অছম্মক চৎখিবা)

লাইট ওফ

## ১১শুবা উৎগা

### মফম ব্রজগী মাঙ্গোল

### মতম—অয়ুক পুং ৯

( তেবল ১ চৌকি ২ থাদুনা লৈ, )

জমুনা—ইমায় শেমা ওন্থোক্লা ঙমখ্রেদা মীশিংখে, করি থোকই হায়দুনা তৌজশারিনো, লৈবাক নিংখৌ পান্দবহু মঙায়রে, লাকচখরেদা তৌব-ঙম্বা মায়থাবা, গুন্দাশিং অসিনা তৌরিবসে, মসি পূন্নমক অসে, এখোয়গী হৃত্ব অসিনা থোকহনবা ঙাক্কনি, ইমুং অসিদা মহাক লৈবগী করি কায়র, হুম এনকা নিপা ওইরমলবদি খঙগদবনি ( রুপা ইমুংদগী থোরকপা )

রুপা—ইনে মরম খুদিংমক লোইনবা খঙজরে, মসি পুন্নমক এগী ইমাইবরুনি—তোক্লসি—।

জমুনা— খিদা মমায় অসি ইকায়গেদি হায়দ্রভুনা ঐবু অমুক ন্নারকলিনেসে, আ—হায়বীগেহৈ ঐদিনে মুপীমক ওইরবস্থু কলংক-গাদি য়াদবা জাৎনি, করিনো মাগী ফনবা ভাগুববু হঙ্গৎনগা খুমলদনা কয়াদা ভমথ্‌গেদো… মসিবু ঐনা হায়বা ইনলমলবর্দ থোকদরো ? চংখিবা মকমদগী হন্নকনি খণ্ডদবা ইনেসিনা হায়ন্নিবসি করি নৈগেদি খল্লভুনা, মানা হায়রবদি তৌদুম তোগে মতাগুম—হৌজিক্তি করি থোকলে ? লৈকাই অসিগী মমাণ্ডদা ঐথোয়দি হিংজনিংজ্রে, শোয়ারেন্দ তিন শিৎকৎলগা ইমায়দ' তাই হায়দুনা অক-ফত্ত পুন্নমক ঐঙোন্দা, ভুম-ফজরে ।

রূপা—করে ইনে খিং কোকপিরো—ওজুবী ঐগা লৈমিন্নবদগী ইনেস্থ মীর থরা তারে, মরাল লৈজদবা ইবুংস্থ মকোক চাউহল্লে ।

জমুনা—চাউনি—ইবেম্মা চাউমি, বুহু অসে সঙ্গ কজ্রেনে, নোংমদি শোয়দনা চোপলখিনি ।

রূপা—ওম্নোপনিদকো ইনে, নচা নণ্ড ন্নারকপদ, লৈকাই পক-পিন্নিবা অডুবু—মীনা তাথ্রগা করি খনখিগদগে তোকলোবা ইনে ।

জমুনা— ইশ—ইমৌদি ন্নাহৈ ন্নাভাকাদি হৈরেদ', উনৌনা উন্নী পুনবী ইবেম্মা, ভুংগী থন্দনা মাণ্ডদমক উবসি খিং তোকলোনে, অহল অসিনা ভাগুলবসি করি লৈবগে খন-গদবনি, মডুদনা মীনা সনমান তৌগদবনি, অডুগনে অসিমন্থ

কাউগন্থ, নহগী বীহারি হায়বা অদুগা হেক থিন্নরিমখৈদি চম্ফু ওইদুনা ভোরগদবনি ? তংজো নবু তুমিন অহাওবদুদা অদুগা নগুনা বীহারিবু অদুক কনখৎলিবা অদুনা করি ভোগে হায়রিবা ? ও-ইবেম্মা নখোয়বু থিং ভাব তারোনে, নখোয় ঙাঙনবদা লৈকায় পুম্নমক শিংখৎবনে ইবেম্মা।

রূপা—মহাক্না ইবুংগী মরপ ওইরম্বদগী এন' জমজবা ফংলিবনি, করিগুম্বা হাচোনা মাগা থিন্নরমদ্রবদি এসে—নহাক্না মাঙথ্রগদবনি।

জমুনা—অদুদি মবুংগী ফনবগীদমক বীহারিদা লৈরোদনা।

রূপা—করিনোনে ইনেনা হয়বিরিবসিবো ? অওইববু হায়রগ।

জমুনা—হে—হে নরমাহে থৌদো মতাদুনা হায়বিবলিদা, পেম্ব য়েহ্লো ববী তুংগী পোলোয় য়েংনসি হায়রহ্ন কাউগনু, নহাকপু হৌজিক কনানো ........?

রূপা—ইনে রাশিং অদু ঙাঙনবগী পাঙ্গল লৈবগুম্না ভানবগী পাঙ্গল লৈজদ্রে, ধর্ম্ম য়াৎমনদ্রে অসিগুম্বা রাঙাং শাঙাংস তাদুনা লৈগদবগী শরুকপুদি শিথিবনা যরে।

জমুনা—মওত্তি ওন্তুগা খরা ঙাহক্লে শিনিংলে, খরা হায়বগীম্নু লৈজনিংদ্রে, শিবু শিঙ্গবদি রাষ্ট শাল'ননে অদুদি নত্তনা ঙাইহাক লৈরে কপশিন্না, পুংজা থুদিং শাউশিন্না, করনি•• হুম (চৎথিবা)

রূপা—(কপ্পা) ইমা! নচাবু কৈথেলগী লুকমাইদা থাবা পোৎ-কুম কোইহা হাদুনা য়োল্লিবসি উত্রবরনে ইমা ... নহাক

লৈরমলদি ঙসি থোকলিবা থোদোক অসি থোকলমলোই-দবনিক্নো ইমা অপোকপী .... পোকপদগী ঙসি কাওবদা মিৎলুগী পিরাং কংদনা মীৎকুপ পুংজা খুদিংগী অরাবতা ইচিন-ইপুরাগী ইশরুক তম্বীরমদুনা মীনোক চাউরবা সমাজ অসিগী মমাঙদা করম্না হিংগদগেনে-ইম'—(মপি তৈতেথোকপা )

( মনি চঙলকপা রুপাদি উহোদবা )

মনি—ী রুপা। করি তৌরে ... ....। নখোয়গী যুমদা ঐনা হেক লাকপা খুদিংগী, পেহো পেহোদা তৌহনা লৈরম্বসিবু -করিগীনো ... ... ? নোংমতমু হরাও হরাও নোক্নুনা লৈরম্মু কৈদোবগে ? রুপা — সংসারগী অরাবসি নশরুকনি হায়বসু খনলুগমুদা— ।

রুপা—( পি তৈতেথোকপা ) ফিবাদা ফম্মু, ইচেমা, করিবু তৌ-গদবনো, ইমারবগুম পূ পাং শুবা ইমু' অমা ওইদবনিনা হরাও তয়াম্না লৈবগী মওম্তা, নোংমগী মিত্তনী পি অমুক্রুং তাহোদবা য়াদে, ইচেমা মসিনি লমজ্জা শরাগী য়ুম্বাব হায়বদো—।

মনি—ঐহাকসু নঙগা অমহানি ..... মাহুগী রাধল অহু থা-দোকউ অমুক খল্লুরগমু ....।

রুপা—অদুবু ইচেমা....ইমুং অসিদা .... ... ...

মনি—অহু হৌজিক্তি অতোপ্পা মী লাক্লবনিনা নঙগী কপ্পা অহু তোক্লো; ঐগা রারি শাহনা হরাওনা অমুক নোক্লসে ... ।

রূপা—লায়রবী ঐগী য়ুমদা লাকপদি কবিবা ইচেমগী সেবা তৌগনি ?

মনি—করি তৌগনি রূপা—ঐদি নখোয়গীদা লাকপা ঐগী খম্মোয়গী অয়াবা পোথাকম ওইজবা অমদি য়ায়বা মতমদা নওগী মুংশিয়বা য়াহৈ ভায়গ। ঐগী অয়া ঋচাক মুৎচবা, অসিতনি ঐনা পামজবা রূপা.... ।

রূপা—অদুগীবুদি ঐস্থ লৈকায় ইমায়বী কনাগী মথক খওদনা অহিং মুংথিল অনিদা ইচেমগী য়াথলকবা মতম লেজরি-বনি. ঐবু লুনা তৌবিবা মীবু নীংজবা নত্তনা, ঐ না কনাবু নীংজুগদগেনে ইচেমা .. .... ?

মনি—রূপা ঐনা লৈরকপা ক্কা অসি নওদি চা:রোইদ্রা ........ ? সে চাওসে......... ( পীবা )

রূপা—চানি, করিগী চাদনি, ইচেথানা লৈখবো ( ২ লোবা ) অমনা ঐগী, মতপ অমা ভাচৌগী নত্রা ইচেমা ... ?

মনি—হোয়নে হোয়নে নওনা থোকপা শীরোমে, অদুগনে রূপা নওনা পামপত্রা—পামলোইদ্রা। ইচেমনে নওগীদম ক্কা ময়াম-দগী খল্লগা কি অমা লৈরকপনি মে·উসে (—পীবা —লোবা )

রূপা—( কি-দা য়েংলগা ) ফজব্রেদা ইচেমা ... ... অত্রবু ওসি কাওবদা ঐনদি ইচেমগী করিস্থ তৌবা ওমদে. মতম পুন্নদা ইচেমনা ইমাদগী হেন্না লুনা তৌবিরি, ঐনা করম্বা চুমিৎ থাদা, ইচেমগী লমল শিংবা ওমগনি .........?

মনি—মতম লাকখিনি রূপা, মাঙগী রাখল অহু খাদোকখো, য়েংঙোই ঐনা চহি চুপ্পা রাররুপবুদিনে মঙনা মিৎকুপ অমা রাবনা হেনবা মতম লাকখিনি নহাক চিংনগনু, (মঙাং অসিদা ব্রজ চঙলকই, মনি মরু লুকখদুনা লৈ রূপানা কিহু মখুং উহননিংদবগুম লোৎলি)

রূপা—তাচো নঙগী কা শরুক সে— ইমোমনা কৈররুপনি……

( পীরগা চঙখি )

ব্রজ—( কা য়েংলগা ) চ'-প-দ-ব-বু …. … ।

মনি—ও…শেমজিল্লবনি…শেমজিল্লবা…ঙাওজনি।

ব্রজ- ষণ রাইগনবী লম্বী ময়াদা পুনবগুম, মীনা হায়বদি য়াদনা লাইরবা ঐগী য়ুমদা ঙাইহাক কৈ.তনা লাকপিরিবসিমু করি কেশগীনো …. … …?

মনি—ঐনা য়ুম অসিদা লাক্লগা করি অকায়বা?

ব্রজ—করি অকায়ৎবুদি লৈগনি, তোৎবু খাউমেনা মুৎলমদাইদা ঙানবগুম, লাইয়বগী শেগায়রবা য়ুম অসিদা.. খাশিরমদাই অহিংদা খা খোকপিরদুনা করি কায়গদি?

মনি—অদুদি য়াম্না কবা য়ানি, নীংবু নীংলবদি, মুং অমদমু ঈশ্বরগী শক্তি লৈ হায়নৈ, ঐগী পুক্লিংনা মীংজরুবনা শেপায়রবা য়ুমসে কোক্লুংদগীমু হেন্না মুংঙাইজৈ, অদুবু……কোক্লুংগুম খঙবা য়ুম অসিদা ঐগী চঙজকম পীবিল্লিবসিবু করিগীদমক্কো?

ব্রজ—চীনবান্দা খোইহী কৈবা, ঙাইহাকী ৎইনা ঙমরবা ঙাঙবদি

পামদবনি, হয়েং তুংদা থোক্লগদবা অমাবগী থমবদা রাক্কম অসি হায়দোকপা ওমদবনি, মসিন্থ ঐনা লাম্লগগ্রা ?

মনি—মসি পুম্নমক ইশানা য়াম্ভনা চঙজরক্লবনি, মচুগীদমক করি চিংমনীংঙাই লৈতে. মৈরাম্বীনা মৈদা চোংশিন্দুনা শিবরু কমানা থিংবা ঙম্বগে ? থরায়না পামজর্বসিদা অপঙবা পীবিরগন্নু ।

ব্রজ—মীবু মাঙনবা শীন্নপা সুংঙাইনরবা মতম অসিদা লাইয়রগী মাইক য়ুবালগী লম্বী অমুক লৈরমখিগদ্রা ?

মনি—পুন্সি লাইমল ওইগদবা রাথলনি থাদোকপিবনা ফগনি ।

ব্রজ—( কান্দা কমথবা ) প্যাজিগী ফিয়োই অসি লোইখিগে থন-বনি, অদুবু ঐনা নীংলিবা অসি কায়গদরা চিংনরে... হৌজিক রূপাগীদমক থন্নুবদা ঐহাক থোঙ থাংদোকপা ওমগনি নীংঙ্গ্রে !

মনি—ভাদা বীহারিদি .... ... ?

ব্রজ—মহাকী রাথকন্নু অয়েম্না থঙবা ওমদ্রিবনি, মহাক থোক-খিবা থোদোক অদুগী মমাঙদা মহাক্না রূপাগী থবক হান্না পাঙথোক্লবা অকুপ্পা মঘোল পুম্নমক ঐঙোন্দা হায়খি, মাদুদা ঐনা মাগী রাকম অদু থাজকদ্রে, মানা মাগী অয়োইবা রাহৈদা " ঐ লালে, ঐবু ঙাকপিয়ু " ঙসিফুগী রূপাবু ইচল অমগুম থন্নগে হায়খি খুদক অদুমক্তদা ওজিং, প্রতাপনা রূপাবু পুন্থনা লাকপনি, মসিদ হৌজিক

ঐনা কয়থা ঋাইবা মহাকী মকমদা .... পাউথোক্লবী...ঐ
ঋা ঙাঙকম থঙজে মনি।

মনি—পুন্নমক অসি ঐগী দায়ী ওইজয়গে.... ...ঐনা হায়জবদি য়াবিগদ্রা ?

ব্রজ—করি ঋানো কয়া লুখনো ?

মনি—খর লুগনি...ইনেবু য়ুম অসিদগী ভানথোকপিরো নত্রগা নথোয় অমিনা য়ুম অসি থাদোক্তুনা ইনেগা ভিন্নত্রবদি তাদা বীহারিস্থু...অমস্থু পুন্নমক করগনি।

ব্রজ—অচুম্বনি মনি, শং-গাইনা কনা থোহুনস্থ মথাগী মথোক ইংপা য়াদে হায়বগুম পুন্নমক অসি ঐগী ইমুংদা থোকপনা উপায় লৈথিদরে...মহুদি ঐস্থ নহানা উরবনি, অদুবু অম্বক কুইনা লৈমিন্নরক্লগা নিপাস্থ নত্তনা......তরাই ২ কেক হায়রুগদবসি...ঐথোন্দা অরাবা ঋাকম অমা ওইরে, মুংঙাইতবগীবু থজুরবদি ......।

মনি—করে—মরালগী মতুং ইন্না ফংজবা তারে, ঐগী ইথোদি নঙগী ঋাথল মতুং ইনবা ঙমনবা থবাই থাবা ফাওবা ঋা ঙাংজররোই।

ব্রজ—মনি ..........।

লাইট অফ

---

# ১৩শুবা উৎশা

## লম্বা—মতম—অয়ুক

প্রতাপ—ইস। লুখরেদা চহিদি ৪০ তানখৎলক্লে…মুপীদি মনাক নক্নবা অমাকাও য়াদ্রি….ভুর্বাশাগী শাপ লৈবা নিংথৌ ৫সন্তগুম ঐন্না মুপী….সিবু শাপ লৈবা জাৎলো—লৈশাবী অমসুং উবদা কেনা কোজরিবা, অদুবু ইশক্না উবদা মিংদা তাবদা; মুপী অতাং পূম্বা, মাইবা, মাইবী ডাক্তর কোবা লাকপ-গুম থুনা হেক্তা পোংথাং হেনগৎপসিবু হে—সত্য— মাসিগী খন্নরবদি পুয়োল ১৪ নরক্তা জম ২ লাউনা তাংতুনা শিনিং-লবনি অদুবু চহি ৪০ তানখৎলে চায়দুনা বা থাংবদা সিদ্ধ পান্দ্রবা জাৎলনে ঐগী সিবু—অদু ওইরবস্তু নোংমৈ অম'নবা পানবা মী শি, অদুগা ছরাপাড়ী অমনবনা তকপা মীসু হিংদে—অদুদি ঐখোয়না মীফু থীবা লৈশাবী খুৎচিং থীবা অসিদা ফিনরবা জাৎনিদনা করে" মরিংনা শাবা সংবাই নাম হাংবা হৌনদে " ওসি কাওবদা মশক থীবা পাখঙ অমত্তা মুপীনা য়াদছুনা শিখি হায়বা তাদেদা—। হুম ঐখোয় অসি ওমদি ওমথুবা—মিৎনা উবা লাই হায়বদু ওইরেদো—।

ওজিৎ—মামি মরুপ মিৎনা উবা লাই হায়বদু ঐখোয়'নি —।

প্রতাপ—ভাই—হৌজিক ঐখোয় করি তৌহুনা পুন্সি লেনগনি;

——ফাবো ভাবুদি বি. এ, এম, এবা হেন্না হোওপে—ঐখোয়দি অহল লমলনা লাইরিক তম্, হায়বদসু তমবদগী তমহোত্রে, হোজিক আফিস চৎলে করি ক্লাসনো——? তোটি মখোওদা লেপলুরে তলব কয়ানো——? নয়ুম কমদোই অসি ভাক্ত ভায়রবা অসিগা ঐখোয়গী শরুকপু—?

ওজিং—হেন্না ভাই—নোংমাইজিং খুদিংগী পুং ১ গী শো মতমদা সিনেমা হোলদা ছাত্রি চাজেনবী শকহেনবী পিক থন্না লৈরিবসিবু ভাইগী মিত্তা করি ওইনা উরুরবগে? ফজবা অমা খল্লগা জিব কনগীগে হেক হায়বদবু—হে—হে—ইতুংদুম কোইইন ইন্নরুনি—।

প্রতাপ—চুম্বী মরুপ হোজিককালগী ছাত্রিশিংসে হৈমন শিংমন্দুনা সরকারনা য়ানবা Family Planing গী মরমসি মখোয়না হেন্না খঙলে—করিবো—Compounder অমদগীদি জিব মাঙ্গহনবগী Tablet মমিং মখোয়না হেন্না খঙলে—সোরোক্তা চৎলিবী ছাত্রিশিংসে (কোয়েং য়েংলগা) "একবচন" নদ্রেয়ে "বহুবচন" না হেল্লবা ভাকনে—তুনিন্না সব জান্তা ভাক্তনি মতমগী মৌশাবীশিংসে——।

ওজিং—অদুনা ঐখোয় চেকশিন্দবা য়াজবনিবে ভাই, লৈশাবী চায়দুনা অমা হেক্তা কোয়বা, লোবা, য়াত্রে মুন্না পরিক্ষা লোগদবনি—নত্রবদি য়ুম পানবা হানথিবা কাংবুশিংদগী খুত্তগী য়াওরগা ঐখোয়না মশীং হেনগদোহিবনি—।

প্রতাপ—অচুবনি মরূপ, নত্তে ওরাং তোঙাগ উনরুবদি কয়মত
ভোয়ে ?

ওজিৎ—থরায় অসি ইঙুং হুংঙাইরোইদৌরিদা ভাই— ?

প্রতাপ—করি হায়রক্লবনো ঐনা হায়বত্থু তারবরা — ?

ওজিৎ—অদুনি ভাই, মাগী তোঙাগ হায়বসিদি ওদ্দোক্লা চোপ-
থ্রবা নিপানি, মুপীনবু মাখা থরা হেনথরে, মাগী শেল
শোয়ত্রগা লোইরে, মীগী রা খঙদে — ।

প্রতাপ—অদু মুপীগী রাকাদি শুকপন পল্লক্লো—— ?

ওজিৎ—মাগী রাসি মী হাৎলেদনা ভাই, য়েংউ নহাকপীড়
ঐখোয়না শোয়বনি শেল হনবা ওমলোই, মাগীদি ঐখোয়গী
খুত্তা শিন্নথরবনি, মতুংগীদি থঙত্রে মসিদা ওইরে ভাই ঐনা
মী হাৎনোংলিবসি — ?

প্রতাপ—ঙাইখো ঙাইখো——মী কোনা হাৎসি, অদুদগী করি
অমুক—— ।

ওজিৎ—অদুদগীদি অমুক বোনা হোৎনখো হায়রবদি অমোবা
শেল অমুক পীদু নরবদি মুপাহুদা রা অমুক ঙাঙলরোই
অসিনি, মাসিবু মীনা তাবা রাবা রারো—মসিদি শীংজংনা
থায়থরগা ফগদবা জাৎনি —।

প্রতাপ—নত্তে ভাইবু মুপ্পী অসি পামলিবরো ?

ওজিৎ—হেয়া ভাই—নঙসুসিবু ঐনা পামলিবরো মগুস্থ খন্দুনা য়েংউ
( ফিবম শোমহুনা ) তোৎলবা চাক চখোম অদু ইয়া লাওনা

কাখোকচরে, হুকচরগে, খন্দুনা, অদুগা খুৎসে কম্বরগা লৈপাক্তা ভাহন্দুনা মখোয়নস্থ চাদা ঐনস্থ চাহৌদনা খোঙ্গুল্লকী লুখাক ওইরিবসি করিগনো—? কনাগীদমক-নো? ঐগীদি মনিবু পামজবনা ওাওরিবনি—ভাইগী Suggestion দা নোংমতা ওইরবস্থ রুপাবু লৌরগা মনি লৌবা কংগনি হায়না চৎথরুবা লম্বীনি হৌজিক্তি কাইহৌ-রুরবনিনা লেম্না তোকপা য়ারিবরো?

প্রতাপ—মানি, খোই থারুরবনিনা, ওানা শিংলগা তিল চাথোক্লগা হিংজহৌবা, পঙজরগা তিল অশিবা পাম্বদগী ওা খোইদা থুবদি মহৌশানি—অদুদি হৌজিক অমুক কয়া পীথো হায়রিবা—?

ওজিৎ—হৌজিক ৫০০ অমুক পীথো হায়রি—মাদু নত্ত্রবদি মাঙোন-দা রাকম অসি অমুক পনবীরক্লগসু অসিনি ভাই—।

প্রতাপ—মুপী অদু নওগী দরকার ওইরবনিনা লুপা তিংবদা পাম্মুকম থোক্কে, শেল তিংলবতদা ঐথোয়না নীংলিবা আশাসে থুংদুনা মীরক তিনগদবনি ভাই—।

ওজিৎ—(মকোক খোৎলগা) মুপীবুদি লৌদবা য়াত্রবনি অদুদা ৫০০ গী মতাংদা মাথা শারিবনিনে—।

প্রতাপ—করিগী মাথা শারিবনো তাঙ্গা য়েংলগা থোক হুদুনা পুরক্লগা লোইরে—অদুগীদমকপু—।

ওজিৎ—ওসি ২। ৩ অসি Try তৌরবনি অদুবু উপায় লৈজে, উপু ছোম্পিংদি পাবুংগী খ্বাংদা—।

প্রতাপ— হেৱা — ভাইস্থ পাওমন্দ্রে—অহু য়ৌরদবু উপু থোক ফকায়রগা লোইরেদরা —।

ওজিৎ—মাহ্ন ঐ—ওয়রোই— করিগুম্বা মাহ্ন—হুম ওয়রোই—।

প্রতাপ—মাহু ওমত্রবদি কদায়দগী লুপা ৫০০ ওইথোক্কে রুপাগী রাখল থাদোকলো।

ওজিৎ—অদুবু ভাই—।

প্রতাপ—মস্তে ভাইগা ঐগা তিম্নরিবসিবু হুর প্রসি চপ মান্নবা য়ু থকসি থকম্নিবা মী হাৎলুরসি অপনবা লৈতবা অসি-গুম্বা পুন্সিংগা থবক্তা মান্নবদগী তিন্নবা নৎত্রো ?

ওজিৎ—অদুগীবুদি চুমই ।

প্রতাপ—অদু ওইরবদি ঐনা হায়বা ইনবা ভাই. মসি ভাইগী ফনবগীদমক্তনি, নত্রবদি ওজিৎকী নাক্তা ঐনা অমুক লেপ্পগী রা লৈত্রে ।

ওজিৎ—ওঃ হুং অনিগী মরক্তা হা ওইরবা।

প্রতাপ—কমদোনা ভাই ?

ওজিৎ—ঐথোয়গী ইমুং ইনাক খুল্লি ভাই, অদুবু পাবুংগী মতৌ অসিদা।

প্রতাপ—ওঃ—অদুক চিংনরবদি—রুপা, প্রতাপ হুংশিরবা মনি কায়নবা ........ ।

ওজিৎ—মসিদনি ঐনা রা ওাওথোকপা ওমত্রিবসি, ভাইগী রাখলদা মপা মমানবু মচাগী অপাম্বদা ফরিগী—থনলুম্বা রাই, অদুবু ঐগী পুন্সিদদি মহু থোকক্তে ।

প্রতাপ—মরমদি ?

ওজিৎ ( ঃমদবা )

প্রতাপ—হায়ুনে, ভাইগী পুন্সিদা করি অপনবা লৈগদৌরিবনো ?

ওজিৎ—ঐগী পুন্সি অঙকপনি, তশেংনমক ঐহাক কনানো হায়বসি ভাইদা খঙহন্দ্রি. মরম অসিননি থবক অসিগী মতাংদা ঐনা পাঙ্গল থোক্ত্রিবসি।

প্রতাপ—করিগীনো ? মরোংগদু ঐঙোন্দদি খঙহনকম থোকইদনা, ঐনু ওসি ওয়াংদগী মরুপতি নত্তেদনা।

ওজিৎ—নহাক মথৈদি টকায়রুনা লোৎলম্বনি অদু ওসিদি হায়-দোকচরগে, ভাই ঐবু পোকপা অহল অনিদু লাইরবদগী ইমুং অসিগী মীনাই ওইরম্মী. ইমাগী মরাইবক থীবনা নোনা লুখ্রা ওইহোই, মথোয়গী মীনাই ওইরগদু ইমানা নহা ওইবনিনা লৈকাইগী মনোক চঙলকলে, হৌজিক লৈরিবা ইমা অসিনা ঐগী লাইবক থীরবী ইমাদুদা নত্তবা মরাল কয়া পীদুনা ভাম্থোক্লবা লারুখি।

প্রতাপ—অদুদগী কৈদৌরবা—?

ওজিৎ—মতম অদুদা ঐদি অঙাং ওইবনিনা কুপ্থে য়েংবগী য়ানি।

প্রতাপ—হায়রিবসি ইমাগী মকমদা মুপা অসিগী নত্তবা মিৎয়েং।

ওজিৎ—অদুনি ভাই, অদুগী তুংদা নোংমা ইমানা কপলদুনা মুপা অসিদা হায়জখি, ঐনা লানবা পূরমক ঙাকপিয়ু অদুগা অঙাং অসিদদি বাবুগী নচা শেক্লা শম্বীয় হায়না

শিরখি নুমিৎ অহুগী অহিং লেপ্লগা বোংঙাপ্লকপবদি (কপ্প।) ইমাহু কমুংদা শিহুনা লৈরমই—মাহুদগী হৌজিক মখোয়না ঐবু য়োক্লনা লৈরকপিবসিনি, মাসিদা ঐনা পঙকায় কায়রুরগা মীগী তৌবিমল খঙদবা, অদুগীসু মখক্তা অপোকপা মচা নত্তবনিনা ঐ অমা মাঙবিবদি মখোয়না করিসু তুজুং থীরোইদরা খন্দুনা চিংনবনি ভাই—।

প্রতাপ—মাহুদি ভ'ইনা পঙখন খনবী য়ানি ঐঙোন্দনি পেনামুক লায়প্রবা জাৎনি।

ওজিৎ—অদুদি করম তৌগনি—?

প্রতাপ- ভাইসু পঙমল্লি, মখোয়গী ময়ল পুম্বা হুরগদবনি অহুদগী শেল অদুনা শরুক য়রি খোল্লগা রুপাগী ইখোলদা ময়ুম শাবীদুনা মাগী মনিং থুংনবা শেম্বীবা অহু ওইরবদি তা-য়েপ্পমগী ইমুং, ভাইগী খুপি য়ায়গনি অদুগা শরুক অমনা মনিগী লুহোংবদা থাদরবা, শরুক অমনা অঙোমগী Case তা চরাম্নরবা Police অমদি খোপংলবা উকিলগদা মাঙ-হনবা, অরেম্বহনা ভাইগী পুন্সি মুংঙাইনবা কায়বায় তৌবা য়ারেদবা ... ?

ওজিৎ—মাহু তুংদা দোষ অমা ... ?

প্রতাপ—করিগী দোষ—:হৌজিক্তি মথাঙগী অচাথাউ লৈরি-ঙৈগী ধর্ম্ম, তুখানা কুদাম শারিঙৈগী ধর্ম্ম লৈত্রবনি, মীগী মমিৎ কোৎলগা ঐঙোন্দা পানবা অহুহনা মী ওই-গদবনি ভাইদি ধর্ম্ম ঙাকপিঙৈদা ইবা হাৎপগী লমল

শিংজোইদৌরি, ইপাঙল কল্লিদৌদা ইমাগী লমল শিংদুনা মচা পোকচবগী মহৈ য়ানহনগদবনি।

ওজিৎ—অদুদি ভাই ঙসিদগী ইমাগী লমল শিংনবা হোৎনরসি—।

প্রতাপ—থুমগদবনি—মচা পোকচবগী মহৈ য়ানহনগদবনি, তোমাল থিরুবসি, মাগী য়াহৈগী উরুমদা প্রতাপ ওজিৎ অনিগী মুয় কায়রবা তৌত্রি থোংলুরসি "রুপা" "রুপা" হায়না —।

( ওজিৎ প্রতাপ থোকখিবা ব্রজ বীহারি চঙলকপা )

বীহারি—ইতাওনা ঐঙোন্দা অশেংবা তাক্তবদি লানগনি, বীহারিনা ব্রজ অমস্তুং মনিগী য়া থুম্লদি থোইনা কান্নয়াই—!

ব্রজ—ঐদি ঙসি কাওবদা ইতাওগী মকমদদি য়া অমত্তা থুপথিত্রিনা—।

বাহারি—অদুবু অনৌবা য়া খরদি তমবিংদ্রে —।

ব্রজ—ওস্নোকপনি, ঐনা নীংবগা ইতাওগী য়াখলগা, ওস্নোকনা খেন্নরে।

বীহারি—খেন্নবা—অদুবু হায়দোক্তবদি করম্না থগুগনি—। ঐদি কনা লুবা কাওবা ইতাওনা চিংনখোইত্রা খনজে।

ব্রজ—তাকপিন্নিবা অদুবুদি অচুম্বনি; অদুবু ইতাওদা হায়গে নীংলিবসি রুপাগী মরম ওইবনা হায়দোকপা ঙমদদুনা লৈরিবনি। ( ডাঙনবিবা য়া অসি ২মক য়াখল লান্না পু-নদুনা নাতৈ ইচা চানদে )

বীহারি—ওস্নোকপনিদা ইতাও, মাদুগী দমক করি চিংনকম লৈবগে? মতম্ না লমদা ঐগী অয়ানবা য়াখল কয়া লৈয়য়বস্থ, ইতাওগী

ঙাকপিহৈবা থোঙাংগী মমাংদা খাঙবা ঙমজদুনা ইশামক্কা ঙাকপীয়ু হায়জখরেনা।

ব্রজ—অদুবু হৌজিক অমুক ঐগী য়াথলদা......

বীহারি—ইতাও.... মরুপ কায়নবগী য়াথল অদু অমুক নীঙশিংবী-রগম্ব, মঙ্গী মহুত্তা মণিবু য়ুমদা পুশিন্নবা হোৎনরগা, রুপাবু মতীক চাবা নিপাদা অওং অউন তমদুনা থাজগদবনি, মদুদা থোক্লগদবা অরাবশিংদু ঐগী ইথৌনি, ঐথোয়গী ইথৌ পাঙ-থোকপদা কনাগুম্বনা কানা কানি ঙাঙনবা তারোইদবনি, অদুগা করিগুম্বা Direct ঙাঙবা থেংনয়বদি, খুদক্কা মথোয়বু মতিক চাবা লাকুদুনা ইচল রুপাগী লমন শিংগদবনি।

ব্রজ—(য়াসি তাবদা ঙাওয়কপা) অদুবুয়া—? ইতাও মদু নত্ত্রে ঐগী য়াথলদি, ফজবা শাশিংগী খয়াগী মুনবীহৌদুনা সুপীগী ইজ্জৎ ঙাকপিয়রুবী মরাইবক থীরবী রুপাবু...... ?

বীহারি—ঙাইথো ইতাও .... রুপা ঐগীসু ইচলনি, মচলগীদমক্তা মবুংনা তৌকম থোকপশিংদু পাঙথোকদবনি, অহানবদা ইতাওগী পাঙথোকখিসি নত্রবদি সমাজগী মীৎয়েংদা অঙাও-বগুম থোকনি।

ব্রজ...ঐ তশেংনা ঙাওয়বনি ইতাও, মচনগীদমক্তা ঙাওয়বা মবুংনা মরাইবক থীরবী মচলবু কৎচবা মরুপকী খুদোনপোৎসি লৌ-শিনবীয়োইদয়া ইতাও .... ... ?

বীহারি—চিংনবা থাদোকপীয় ইতাও, খন্নবীয় সীতা আযোধ্যাগী য়াণীনি, দ্রৌপদী পাণ্ডব মঙাগী মবেম্মনি, তপথখো রুপাবু

হুম্হন খনবা লাল্লি, মাবু মত'ক চাবী মুপী অমা ওইহনগদবনি, অহানবদা ইতাওগী খবক লোইশিনখিসি।

ব্রজ—ইতাও.. !

লাইট ওফ

## ১৩শুবা উপা

### ব্রজগী মাঙ্গোল

মতম—মুংথিল পুং ৩

( ব্রজ চৌকিদা ফমদুনা লৈ জমুনা কৈথেল কানবগীদমক ইমু দগী থোরকই )

ব্রজ—ইনে অমুক্ত ওাইবীখো… ।

জমুনা—করিনো ইবুংঙো… ।

ব্রজ—থোকখ্রিবা থৌদোকসিগা খন্না চিংনরে, অঙুনা ওসি মরি ফঙানিসিদি রুপাবু খন্না মীংথিনা শেন্নবীয়. ঐখোয় অনিমক ইনেগী মঙ্গন্দা চাউরক্লবনি, ইনে নঙনা ঐখোয়গী হায়জফম কনাসু লৈজদে, ইমাসু ইপাসু ঐখোয়গীদমাক্ত ইনে….নি।

জমুন—( হায়ফেৎ খল্লবদগী কোমথোক্লা ) আ… চিংনরুপশু ইয়াসিদি, ইনে লৈরিদনা কনানা করিবু ভোরগবনো ? ঐ কৈথেল য়োরুখিগে নঙনা চথোক্কে হায়রবসু ঐ হল্লকুগা চৎখোকউ। ( চৎখিবা )

ব্রজ— ( ইমুংদা ওনশিন্দুনা ) রুপা—রুপা—

রুপা—করি হায়রবগে তাচৌ…। ( মসুংদনা )

ব্রজ—ঙসিদি ইবুং না হায়গে, মঙস্থু মুন্না খল্লু নহাক ঐগী ইচলনি ( রুপা খোঙজিন ময়াদা লেপ্লুনা লৈ ) অদুবু ঐনা লায়রবা মরম্না ঙসি কাওবা নমিং থুংহনবা ঙমদ্রি, অহৌবু মথক্তা নঙগী পুক্নিংগী রাস্থ খঙদনা, ওস্থোকপনি, নহাক্তা ননিং তম্বা য়াপদনা খল্লুবদগী, নহাকপু বাঁহাল্লিবা মকমদা রাহৈগী দান পীথোকখ্রে ( রুপা মক লুকখবা ) মসি ঐগী ইরালনি… অদুবু ইবেম্মা, নহাক ইবুংগী মায় ঙাক্লোইদ্রা ?

রুপা—ঐগীদি ইমাগী ইপাস্থ তাচৌনি কৈদৌঙৈদস্থ তাচৌগী নীংবা কায়নবা তৌজরোই…. তৌবতবু ..।

ব্রজ—চিংনগস্থ রুপা নঙগী তুংগী খল্লুবনা ইবুংনা নঙগী…. ।

রুপা—তাচৌগা কপ্পা কপ্পা কায়নবগী মহুত্তা নোক্পা ২ তাচৌগী মাঙ থাহুনা চৎচবা পামজে ( ইমুংদা চঙখিবা )

ব্রজ—ওস্থোকপনি—মখোয় অনিমক পাউথুম চপ মান্নখ্রে, মতম থন্না য়ুম থাদোক্তুনা শেল তাল্লুগে নীংবদি মখোয় অনিনা থিংলবা ( মতাং অসিদা মণি চঙলক্কুনা ভারন্থা ) মসি পুন্নমক থাদোক্নমগা লেপ্পা চেনখ্রবদি… ঐগী নীংবদি থুংলে অদুগা রুপাদি শাশিংগী মথুত্তা ! অদুদি ইচনগীদমক্তা ঐনা মীথা পোনবনা কয়গদ্রা ? হুম… মহুস্থ লাল্লি মীওইবগী পুন্সি তম্বা ঙমদে, রুপাবু থেমহুনা ময়ুম পাল্লহল্লগ …মতম থন্না য়ুম থাদোকপা তাই মহুতদা লাইরবা কোকপা ঙমগনি, ( মণি চঙলক্কুনা ব্রজগী মীৎ থুম্বা ) কনানো…. ?

ইতাও থাদোকউসে, ঐখোয়'নি ভাহনগদবা য়া য়াম্না লৈ, ( থাদোক্তব', মা-হুমা য়েংবা ৎজি থেংনব' ) হেয়া করিগীনো অস্লুক থেংনা লাক্লিবসিদি ?

মণি— ( খুৎ থাদোকপা ) মতমবুদি থেংখয়ে।

ব্রজ—অদু-সিদা লৈথোকপগী মহুত্তা য়ুম য়ৌখিহনা ফরোইদ্রা....? নহাক লৈশাবীনি মীনা করি খনখিনি...।

মণি—ঐদি লংকৈ চৎনবগী ভারা মতেং থয়া পাংজগে লাকচবনি, অসিবু মীনা নোক্লগদরা... ?

ব্রজ— ( ওক্লা ) ঐবু নঙোন্দা' ভ.রা পীয়ু হায়খিবরা ?

মণি—হায়খিদে.. ( ইমুংলোমদা ) রুপা, লাও, পাউ অমা হস্নীগে

রুপা— ( থোরকপা ) করি পাউনো ইনম্মা—(হদুং উবদা য়া চেম্প ; মণিনা মচিন মেনদ' )

মণি—য়েংঙোই ঐগী লুহোংবা পুণিমা সুমিত্তা .শায়রে... নঙদি লুহোঙবা লাক্লোইদ্রা ?

রুপা—অওইবরনে ইচেমা—।

মণি—অওইবনি রুপা ঙসি ওজিংকী মমাদা পাবুংনা কুঠি পীখয়ে অদুগা হৌজিকসু ওজিংকা মমাম্নবা ৮/৫গা লোয়নদুনা ঐগী ভুং ইম্নরকই, মখোয়না লুহোংবা শেল তিংনবনি হেক্তা চেনসি য়াদ্রবদি চিংগনি হায়দুনা ঐগী ইনাক নকশিন্নকই, অদুদা কিরদুনা মখোয়দা লাকপনি। থয়া খিনবীয়ু হায়রুববু চৈদুম চৈরকই... রুপা নহাক ঐখোয় কাওবা থয়া চৎলুসি।

রুপা— তাচৌনা ময়াইনা খিনজগনি ফমখো ঐ চা লোম্নুখিগে ( চঙখিবা )

মনি— লংকৈ চৎপন্থু তোকপিরো, ঐগীদমক খঙ্ঙবিরো মতম হেনখ্রুগনি।

ব্রজ— ঐ লংকৈ চৎকপৌ'রিবসিগী মরম মহাক খঙলবরা ?

মান— ঐনা খামজবা য়াদবনিনা... খঙজরে ঐবু ভুৎশিবিদদ্রুনা... ।

ব্রজ—ইদে .. ঙাংবো, বা অমা হংগে, নখোয়গী অরাংবা লৈবা সাপম নরেন খঙইদবা ?

মনি—খঙই ।

ব্রজ —অদু'ন দুংশিববু য়ারকপা ঙমদবদগী. মমুং পান্দুনা তোঙান চারে, মচা মরাম অদুগা মাগী ইমুংমা য়ারিবদো, নঙগী পু'ন্দম। থোকহনবিংদে অদুনা.......

মনি—মতুদি ঐসু খঙজে, অদুদি হায়দুনা লংকৈ চৎপবুদি, সরকারগী থবক অমা তৌদুনা লৈবনা কপজ্রা খল্লি, ঐনা পুরিবা ফুল অসিসু থাগী খরদি মকখদি অয়াবা ঙাকনু খনবিগনু।

ব্রজ—সরকারগী থবক তৌবা চায়বসি ঐখোয় লাইরবশীদমক্তি ইপেক্সন মঙমদা হোৎনহৌদ্রবনিনা অপেখনি; অমরোমদা নখেয়গী অহনগী মতৌপা নঙবা খল্লিবা অসিগা মুন্না খন্নু; ঐবু জেলদা পীয়গা ভুৎঙাইজখদুনা হয়েং ওজিংকী মতেং লৌয়গা করি তৌরকনি খঙলবরা ? ঐনা মতম খরা মাঙ-লুরগা ও'জংকুম ঐনাক খুমবদি নঙগী নমায় পাকপোইদরা ?

মনি— (নীংবা কায়না) য়াকম অসিনা ঙাকপদি ঐগী অশা লৈতে হায়বনি, করে হৌজিক মতমদু থেঙখরে. ঐবু খরা

থিনবিয়ু অচুপা ঐনা করম্বা মওংদা মুংশিজবগে হায়বত্নদি থবক্না উৎচয়গে।

রুপা—( চা পুন্থনা খোয়কপা ) ইচেমা চা থকউসে (পীবা লোদব ) ঙসাই মথৈ ঙাইহনা লৈয়পা কৈদোয়বা, ইচেমা নঙ ঐগী চা থক্নরোইদরা ?

মনি—( কপ্নিংবা য়াহৈনা) ঐ চা থক'নি, নঙনা পীথক্নদবা চাস্ত ঙসিনা অয়োইবনি, নঙগী মুংশিবা নশক উগদবস্থ ঙ'স মঙাইরে।

রুপা—( ঙকনা ) করিনো হায়রিবসিবু, করি ঙৌরবগে ইচেম ?

মনি—( ময়েংবান পাররগা ) রুপা ভাইবংপান অসি অমম্বনি, য়েংউ অমম্বা অহিংদা শাৎলিবী শিঙ্গারৈ অসি ফজদরা ? অচুবু রুপা ! ফজরবী শিজারৈ অসে হয়েং ইমুং ঙাদক-পদা লৈরাং লৈনম চন্দুনা লোইমা লৈমায়থক্তা কেনথুগদবনি, মুম্না য়েংউ রুপা, নঙস্থ নোংমদি ভাইবং লৈকোন্দা ফুগাই-না শাৎলখিগনি, মতম অহুদা লৈখোক লোয়বী শিজারৈগী মত্তৌদি তমলুগদুকো রুপা। ( মপি তৈথোকপা )।

রুপা—ইচেমা ঐ ভাব করিমভা ভাদরে।

ব্রজ—রুপা, নঙনা ভাব ভারয়োই, ঐ য়া হায়গে, য়াকম অসি নখোয় অনিনা পাঙথোক্নদবনি।

মনি—(ঙকচানমা ) ঙসিমক থোদা পীবিরগদরা ?

ব্রজ—ঙসি নত্তে, হৌজিকমক ঐগী য়াথং ঙাকদবনি, নত্রবদি থম্বগী শরুক য়াওত্রবা মুপীগী কোক্তা শিবগী লম্বী নত্তনা

করিমগ্না উবা কংলরোই, ( পেন্দনা শককম হনজনবা )
পওবদগী ওসিমক অরাবগী লাংদা থুরবা।

মনি— য়ারবসু য়েরুববু থুডুম চনবা ওমগদবা লৈরবদি, হৌজিকমক শিন্থা পীবিয়ো।

ব্রজ—থোঙ মনীং-মমাঙ লোনশিল্লগা নখোয় ইমুংদা লৈয়ু। ঐ লাকত্রিকাওবা থোঙ হাংবা য়াদে, করিগুম্বা ইনে লাক্লবস্থ নখোয় লৈ হায়বা খওহনগমু, মতাক্লা করি তৌবগে লোয়া য়েংউ, ঐ ইতাও কৌরুখিগে ( চৎখিব )।

রুপা—ইচেমা মিজৌ হোংলগে...... ( নোকনা )

মনি—( মখোল থোক্তনা নোকপা ) নবুংনদি য়াদনা, চওলসি ইমুংদা লৈরুশি।

রুপা—অদুদি মনিংথোঙ হাংদোকপিরমলো, ঐ থোঙসি শো লোয়মলগা চওলকে। ( মনি ইমুং চওখি রুপানা মনাঙথোঙ শো লোয়পা নাকয়োমদা চওখি) ওাইহাক লৈরগা, জমুনা, তোমাল, ওজিৎ, প্রতাপ মরি-মরি চওলকই )।

জমুনা—ময়াম কিদারোমদা লেওশিন্নু।

ওজিৎ—( থোঙদা য়েংলগা ) ইন্দোল, মীবু লৈতব্রা?

জমুনা—(থোঙদা য়েংবা) হাই....কদায়দা চৎখরে, মবুং চৎথোকখিডুনা লৈকাইদা লৈরম্বা তারে, ঐ অমুক্তা য়েংলুখিগে ( চৎখিবা )।

তোমাল—ইচাশা ওসিদি শোয়হনবা য়াদে, মনেসি মীতা লুই, করিগুম্বা শোয়রবদি শেলদা তিংজুনা তোকনি—।

প্ৰতাপ—তাকপিয়ু!

তোমাল—শেল পীথৱে হায়রনা অঙম তামবমু য়াৱোই অদুনা হোয়েল হেক চঙলকপগা ঞৈয়ায়ী, (মতাং অসিদা মণি, রুপা থোঙনাওদা লোয়া য়েংলি) ঐনা মনে কাজিন্নরনা লৈহোৱা, নখোয়না রুপা পুত্বা চৎখিবা খঙলেদনা?

প্ৰতাপ—ঐখোয় উৱবৃদি লাইরেন ওক্সমা হেন্না কৈ হায়বসি লৈশাবৈশিংগী য়ায়েপনি, অদুনা হন্দকী তাঞ্জাসি যাম্বোক-হনবা য়াদে।

ওজিৎ—মসিদা করিগুম্বা মবুংগা লাকমিন্নরবদি মবুং ফুরম্নগা পুবা তাত্রা?

প্ৰতাপ—অদুনি ভাই, ঐনা মবুং ফুবা, ভাইনা ছুপী পুবা, থবক পাঙথোক্লপা লোইরে।

তোমাল—মাঙলে মাঙলে মদু য়াদে, মাবু কোয়বা ওইরবদি মথরাই কাও লৌবা য়াই, মবুংমক্তনি মদু হোৌমদে।

ওজিৎ—(খোঁওইদনা) অদুদি ওসিদগী হেন্দনবা খুড়াবা শিনবা তারেদো।

তোমাল—এঃ মদুগীদি ঐ তোমালনিদনা, ঐখোয়না লৌরিম্না শেলসিন্তু থবকসিগী দখক্সি হায়বা, অদুবু মবুংগা লোইন-রক্রবদি শোয়রে হায়দুনা যুমদা হনবা য়াদে, নাথৈদুনা লৈয়গা, অহিংদা মন্দোলবু থোঙ হাংদম্নগা রুপাবু কাদুনা পুগদবনি।

প্রতাপ—মামি মামি অমা নত্রগা অমা হোৎনহুমা পাঙথোক্তবা য়াত্রে।

তোমাল—অদুনি ইবুংঙো ঙসিগী মুমিত্তা থবকসি পাঙথোক্তবা য়াত্রবনি.......জমুনাদুবু লাকখিরেদা (থোজালদা য়েংবা) ঙাইথো অঙাংশা! থোজালদা লাকলিবসি।

ওজিৎ—তৈয়ারি ভাই...।

প্রতাপ—চেকশিন্নু, শোয়হনবা য়াত্রবনি ভাই...।

তোমাল—ঙাইথোনে, মসিবু...ত্রঙ্গা বীহারিগা নত্রনে, নথোয়ম্নু ময়েংউ।

ওজিৎ—(য়েংবা) মামি করম তৌসিপে খুড়া?

তোমাল—অদুদি চেন্নো শোয়বা তাবে, থীন্নে অঙাংশা। চেন্নো চেন্নো হায়বা... ইসে....।

প্রতাপ—অদুবু কদোমদনে।?

তোমাল—হা অঙ্গাংলোমদা শঘল চোংলো...শোয়রে।

(২মক চেনপে তৌই অমুক হন্নিন্নকই)

ওজিৎ—অদুদি কদায়দা চেনগনি?

তোমাল—শোয়রেদনা তৌন্নিসিদি...(মশা নিকপা)

ওজিৎ—অদুবু কদোমদনে।?

তোমাল—য়ৌশিন্নকপনা হানবা তারে শোয়রেদনা ঐগী চোন্নু হায়বা মুমিৎতু শুয়বোইরে। (পাখৎপা)

প্রতাপ—ঙাইথো অরাং থংবা অশোংদা করি নৈ?

তোমাল—লম্নাংনে চেন্নো, নথোয়বু কৈদৌরবগে ঐ মাঙ থাগে সে—চোয়েদনা (চেনখিবা)

প্রতাপ—ভাই… (মথং মথং মখোয় তমক চেনখিবা ব্রজ বীহারি চঙলকপা)

ব্রজ—কাদদা কম্বীয় ইভাও … রূপা চা লোম্লকউ।

মণি—(থোরকপা) ভাদা মখোয় ইমুংসিদি ভুট য়াম্না থোকইনা ঐদি কিংবদগী হকচাং নিকপা হৌজিক কাওবা ফত্তরে।

বীহারি—মহু হায়রকনি থনবদগী ঈমাক থুনবী মিঠোল পোরোই হায়রূনা নহাল মথৈ খাঙলম্বনি, অদুবু নয়াইবরুদি ভুট, প্রেটনা থল্লবা লায়র খাংপোক শঙসিদা য়াংগোচয় তম-খিবনিনা অর' অনা থরদি খাঙবা তারেদন' যোইরাংগী থোইবী

রূপা—(চা পুড়ুনা থোরকপা) মহু অশেংবা ভুটনি, ঐখোয় মুয়া উহৌরবনি, হৌজিকমক ভুট ঙাকথোক্লবা হোৎনস্রবদি ঙসি অহিং য়ুম অসি শোয়দনা মৈ চাকলগদবনি।

(ইমুংদা চৎখি)

ব্রজ—করিমো হায়রিবসিবু ঐদি……।

মণি—ঙসাই হেক থোকখিবগা, মখোয় মরি চঙলকই, মহুদগী ইন্দোলনা রূপা খিবা চৎখিবমা হৌজিক কাওবা ফল্লক্রি মখোয়না হায়নখিবদি হৌজিক থুদোং চাত্রবদি অহিংদা ইন্দোলবু থেঙ হাংহল্লগা রূপাবু কাহুনা পুগনি হায়নখি… অহুদগী …

ব্রজ—ইভাও।

বীহারি—করিমতা চিংনগনু পুম্নমক ঐনা শীনগনি অদুগা মণিগী

মরম অসি ইনেদা খণ্ডহল্লগনু. মশক উহনবা য়াদ্রে. ইত'ও-গীদি মতিক চাবা খুংলাই অমা থোরাং তৌবিয়ু— অহিং ভুম্বা য়াদে। উরবসু উশিন্নদনা, মখোয়বু ইমুংদা থাজিল্লগা মতাং-চানা থবক তৌসি ঐদি মখোয়গী মরক্তা য়াওরক্লবা হোৎনগে, ফিংগনু মতমনা পীবা থবক মতাংচানা তৌসি, ঐ চৎলগে।

ব্রজ—করে, অদু অমসিগী মরমদি ?

বাহারি—মী খণ্ডনগনু, মতুনা হয়েং খন্নসি. মরুওইবা ঙসি চেক-শিনগদবনি, ঐ চৎলে ( চৎখিবা ব্রজ মকোক হোল্ডুনা ঙাইহাক রাখল তৌরম্লগা ইমুং চঙখি, ঙাইহাক লৈরগা জমুনা চঙলকই )

জমুনা—ভুপীনচা চাক চারবরা ?

রুপা—চারে, ভাচৌম্ব তুমখরে, কদায় চৎলুবনো অম্বক খেঙনা ?

জমুনা—মাইখমগী শেলজু খোকমস্রুতুনা খৎনবদা খেঙপ্রবনি ওম্বোক্লা নুংশিরোইদৌরি মখোয়গী ইমুং অসি ( ইমুং চঙখিবা ঙাই-হাক লৈরগা খোঙ লোন্দুনা তুমগী মতৌগুম ভুমিন লৈখি, ঙাইহাক লৈরগা মখোয় অহুম চঙলকই মচিন্দা ফিমু অমমম য়েংলি, মাকোইনবা বাহারিনা মখোয়গী মথৌ য়েংলি মাবু উহন্দমা লোল্ডুনা লৈ।

তোমাল—ওজিৎ।

ওজিৎ—খুড়া।

তোমাল—নঙনা মনেগী মনাক্তা চঙলগা মচিল মেন্দুনা রুপাবু

পুরকউ, অদুগা প্রতাপ নওনা ত্রজবু শওদুনা লৈয়ু।

তোমাল—ঐদি মপান্দা মী য়েংদুনা লৈগে।

ওজিৎ—থোওদি কমানা হাংগনি ?

তোমাল—থোওদি নপোলনা মরাইনা হাংজরক্লগনি ( মতাংসিদা বীহারি য়াম্না তোয়না মখোয়না করি তৌবগে য়েংলি )

প্রতাপ—অদুদি খুড়া থেওগ্রগনি থোও হাংনবা শীনবিয়ো।

জমুনা—( থোও হাংলগা থোয়কই ) থেংনম্লিদনা ঐদি লাক্লয়োই-দবোই নীংদুনা তুমথগে তৌরয়ে।

ওজিৎ—ওসাইনা লাকচরবনি, খুদোংচাবা ওাইদুনা লৈজবনি, চঙ-লসি ওাই।

জমুনা—ও'ইথো ঐ হায়া চওদুনা তুমশিয়রগা রুপাগী কিতম য়েংখিগে, ওাইহাক্তং লৈরগা চওলকউ, য়াম্না চেকশিয়্ মবুং তুমথখিবা কুইরে, করিগুম্বা মিকপ ( মতাংসিদা ত্রজম্ম থোওনাওদগী লোয়া য়েংলম্মী ) থোয়ক্লবদি নখোয়স্ত্র ঐস্ত্র পুমকায় কায়দুনা তোকদোয়িবনি, থওলবরা ? (জমুনা চওখিবা)

প্রতাপ—থওজরনি ইম্পোল।

তোমাল—হায়নয়িবশিং অসি কাউরোইদনা……

ওজিৎ—কাউজরয়োই, অদু খুড়াবা মিৎ-না থয়দি শিংবিয়ুকো।

তোমাল—য়ে'ওোই নখোয়না ইমুং চওবগী কিতম শেখ লোইবদা ৈম মুথৎলু, মৈবু ময়বদি মবুং হোৎলক্লবস্ত্র নখোয়না ওয়-গদবনি, চওলো থেওখরে ( অনিমক চওখিবা, তোমাল পা-থবুনা নিকপা হোব', কোক লাউবা তাবদা তোমাল থংপ্রেক

খংভি, মৈ মুৎখিবগা মাগী চেনকম য়েংবা, হৌরক্লে, পন্দনা রুপাগী মশা পায়বদা তাচৌ ২ হায়না অফিং অকাই ওইনা লাউরকই। )

প্রতাপ—মচিন মেম্ন, ভাই—( তোমাল মশা নিকপা, অমুক চেন অমুক হঞ্জিন পল্লেপকম খঙদনা লৈবা )

তোমাল— ফিংবা পুল্লু ২ ( হপ্পোক্লুনা লেপই, বীহারি নাকল অমদা তোমালবু ওাইদুনা লৈ, তাচৌ তাচৌ কৌরম্নগা ইক ২ তোগুনা তুমিন্না লৈখি, নাকল অমদা ব্রজনা প্রতাপ্পা ফুবগী চৈখোল তায়, প্রতাপ ওঃ লাউদুনা তুখিবা, খুদক অসিদা জমুনানা লৈকাই ২ হুয়ানবা চঙলে কায়না ২/৩ লক লাউরকই,, ইরাং অসিদা তোমাল চেনগে তোবা মাইকৈদদি চেন্দ্রদুনা বীহারিনা লৈবা মাইকৈদা চেনখি, বীহারিনা ওক্লুনা থাওনা থিনবদা ওঃ হায়দুনা তুখখি। )

ওজিৎ—এরেগী খবক্তা য়েংপা ওসি থাওগী মমাঙদা কয়া কুইনা হিংবগে য়েংসি ( থাঙ লংবদা জমুনাদা পানবা )

জমুনা—অয়ো ইমা ২ ব্রজ ইনেগী খরাইদদি কল্লু।

( থাঙ অ ভৈবদু পায়দুনা বীহারি থোঙজিল্দা লেপই )

ব্রজ—ইনে।! ( ওজিৎলোমদা ) মুপা থোকনা লেপউ চেনগন্ডু ওজিৎ, করিগী চেল্লি শা।

( চৈনা মকোক্তা থাবা লুখমদা মখুৎমা পায়রগা মপান্দা চেয্যোরকপদা বীহারিনা থাঙনা থিনবা খোঙকম ২/৩ চৎলগা তুখিবা )

বিহারী—কনা রাংশি ইতাও……? (ইমুঙদা চঙখিবা)

ব্রজ—ইতাও ওজিং চেনখরে……।

বীহারি—চেন্দে মপান্দা লৈহৌবনি (ব্রজনা থোরক্তুনা ময়াম যেংবা) মণি নহাক তুমলিবরা…?

মণি—তুমদে ভাদ, রূপা ইবানি শিদা লৈরে।

বীহারি—মৈ থানগৎলু ঐ রূপা অসি পুথোকে নখোয় অনি নুপীচু চিংথোরকউ।

ব্রজ—ওজিং, লায়রবগী থবাইবু শেলনা লৈদুনা শীজিন্নবা ওসিদি লায়রবগী থাওদগী কনবীনবা শেল লৈত্রবরা?

(ইমুংদগী মথং ২ পুথোরকই)

ওজিং—(মচৎ ২ ওইবা রাগৈনা) মরূপ…………ঐহাক নঙগী নক্তংদা ল'নথরে ঐগী থবাইগা দেহগা থাইনরমদাই অসিদা মরূপ্না ঐবু ঙাকপিয়ু, চাম্বীতুনা ঈশিং থজিক্কা…………

ব্রজ—ঈশিং, হা….হা….হা ব্রজগী মকযদা ওজিংনা ঈশিং নিরবা, রূপা, লাইরবা ইমুংদগী ইনাকথুমবা ওজিংনা ঈশিং নিরক্লে পাথং অসিগী অরাম থোরাংবা কোকবা ইবুংগী মাঙ অসিদা নঙগী থুয়াগী ইফুল অঙ অমুক্তা ইল্লরাও নঙগী নত্তোদুনা লায়রবা নবুংবু অমুক্তা পেলহল্লু।

বীহারি—মীওইবগী থবাই অমত্তনি, অয়োইবা মতমগী অরাবা মৈচাক মুৎশিবদি থৌজাল হৈবগী থুদমনি, রূপা, অফবা ঈশিং লোথোক্লুচো আত্মাগী সেবা তৌবনি, চিংনগদু রূপা'

( রুপা ইমুংদা চংখিবা ) ইতাও নঙ লৈকাই তাক্লমষ্ট ঐহাক Police station দা চৎলগে ( চৎখিবা )

লাইট ওফ

## ৬ষ্ঠ শক্তা উথংপা

### লম্বী

মতম ষু'মদাংরাইরমনি লাইর মৈশা থাঙলুরবী
রুপানা মনম্মা মবুং অনিগী মরক্তা নৌনা
মীনিং ওমজরে, কোম্বীরৈ মচুগী কনেক শেংলি
মোইরাংকি চনবা হজামপাল মচুগী পমশা
অমা ইন্দুনা সনাবুগ পাম্বহুনা ঈশিং
খোকপা কারকপদা তুংলোমদগী বীগারিনা
লৈতুমনা থাবদা চমা য়েংলগা ॥

রুপা—হৈমা চৈরমগনিদা……

বীহারি—হোজিক্ত চৈম্বরু য়ানেদা।

রুপা—কপদোনা ?

বীহারি—পাঙথোকদবা পূম্নমক লোইহনা ঐগী অমুক খরুরকপা ভাবরা ……..

রুপা—অহুগা চৈগদোরিবা ?

বীহারি—মারি, চৈহুনা শাউহল্লবদি" লৈরম্বা মরী পূম্নমক ভংনবা য়াই; মতুদা ঐগী নীংবা কায়রবসু, মীগী নীংবদি থুংপ্রেদনা…

রুপা—য়াখল অত্তবু ওম্নবগুম খোক্লোইদরা ?

বীহারি—মসি খোইনা ওইরোই. মীওইবাস মদুগু কেপ্লগা কাউই হায়বৈ, মদু ঐদি কাউজদবনা.........

রুপা—ওসোই মখে তাবপিরিবাসদি ঐগী ইরাল থিবিরম্মিবা ওইরে।

বীহারি—মীগী মরালকা থিবগু ইতিক লৈজদে, তোঙতবু তাও-নথিবা মতুং ইন্না ঐগী মতম য়োয়রকপদা, চঙবা য়াদনবা অশাউবনা মাগুওইনরকপদুদা..........

রুপা—( মকু লুকথরগা ) ওসি....ঐবু........

বীহারি—অহানবমতদা... মদুগী ওদমদি ঐগী লম্বী ককপনি।

রুপা—( কপনিবগুম মুন্না য়েংলগা ) মদুদি ঐস্থ খঙৈ, থিক অনেম্বনা থা লাম্বা কংলোই হায়বা. মসি পুন্নমক লায়রবা ঐগী ইরালনি ( শাউরংনবা চৎকে তোবা বীহারিনা থৎপা )

বিহারী—ঙাইখো......

রুপা—চিনবিরোইদবা কৈরাংগী লৈখোক পাঃদুনা নোঙ্গৌবগী কারি কান্নবা ? মুমিৎ তাগ্রগনি লম্বী থাদোকপিয়ু।

বীহারি—চৎপা য়াথিরোই, নঙগী পুক্নিং য়েংগে তোবনি, নঙগী য়াথল লানথিগদোরে, মতু নত্তে রুপা।

রুপা—মতম পুন্নমক্তা থরাইদগী হেন্না মীংজবা ঐনা লানবা ?

বীহারি—অচুম্বনি....কাগিনা চান্নবগুম লৌমবদি মদুমক অরানবনি ঐনা নত্তোম্বা হায়গে লাকপদি....।

রুপা—কমধা য়াক্ম ?

বীহারি—হয়েং ননম্মাগা মখোয় অনি সিনেমা য়েংবা চংকনি,
মখোয় চংগ্রিঙৈদা মহাকনু……
রুপা—অস্তম কগনি তাকপিবা মচুং ইনজগনি ঐ চঙজয়গে,
( হায়কেং নোক্রম্নগা চঙখিবা )
বীহারি—শোয়দ্রবনিকো।
রুপা—( মনুংদগী ) শোয়জয়রোই ( বীহারি হয়াওনা চঙখিবা নাকল
অমদগী সুবল, কালা চঙলকই )
কাল—মাম্নি মম্নি ইচাগী য়েংহনা মখোয়বু লৌশিনবা তাবনি।
সুবল—মরু ওইমা, ব্রহ্মা মনেগী শ্রাদ্ধতু মরিনিদা ঙায়রম্লে,
অদুনা চঙনা খোক্লবা য়ানবা শীনবা পাম্বনি, অদুগা মখোয়বু
ঐগী য়ুমদা থম্বসু পামই, মসি তানবা তাধলনা থরা শীনবিয়ু।
কলা—মহা থৈঙ্গনি, ইচা চুংশিবদগী ইয়াম্বনা পাম্বসু মতুনি,
ইনাওগী য়াকাবু ঙাইজবনি, হৌজিক্কি লেমনা লৈবিয়ু ইয়াম্বা
শীঙ্গগে লেঙশিল্লশি।
সুবল—তাধল মাঙ থাবিয়ু ( অনিমক চঙখিবা )

লাইট ওফ

## ১৮ [illegible]বা উঅপা

### য়ুম

শুমাঙগী বৃন্দা মথোঙদা শন্ধ্যা য়াচঙবা মতম

রুপা—( বৃন্দাদা ধুপ থাউমৈ কৎলগা থুকউ থুদক কুন্দূনা মথুং
লোটৈ মমিৎ উইশিন্দূনা ঈশৈ শক্লি )

ঈশৈশ :—

খুরুমজরি ইমা বৃন্দা
নওদি জগৎকী মমানি
জগৎপু য়োকপিবী মহাক্নি ॥
নিত্তি পুমিৎ খুদিংগী
ইমাগী সেবা কায়জত্রিবী
তোল্লবী ইচিল ইপ্রাবু
কনখিয়ু অন্না কোজ্ঞায়দগী
ভাকপীয়ু লওজবা খিবিক ॥
পী-বিয়ু য়াইফ থৌজাল
খুরুমজরি ইমাগী চরন্দা
তোল্লবী ইচিল ইপ্রানা ॥

(য় হৈনা) ইমা বৃন্দা য়াণী. নওদি জগৎকী মবেম্মা লক্ষ্মীদগীসু গুণ লৈবা হেনবী ধর্ম্ম লৈবীনি হায়নৈ, তাইবঙ অসিদা ইমা নহাক নত্তুনা।

কনা লৈজত্রবী লমজা শয়া ওইরবা তোল্লবী ইচিল ইপ্রানা ইমাগী খুয়াখাদা নিজরি, ঐথোয়গী ইসুংদা থোক্লিবা দখা অসিদগী ওইরকদবা কত্তবা পূমমক ইমানা ভাকথোকপীদুনা অকবা শরুক পীনবিয়ুকো ইমা (খুরুম্বা কালা, সুবল চত্তজকই)

কালা—ইবেম্মা নকু লৈতক্ষা ?

রূপা—( মূম্না য়েংলগা হোগত্তুনা ) লৈ, থুদাখোঃদা লেঙশিনবিয়ু, ( ফিদা থাবা, কম্বা ) ইনম্মা-ইনম্মা মাম্মখোয় লেঙলকই, তাচৌম্ব অমুক্তা খোকপিরকউ। ( ব্রজ, মণি খোক্লক্তুনা থুরম্বা মণি, রূপা ইমু' চঙখি )

কাঞ্চা—ইবুংঙো নঙ লৈরম্ব ফরে, নঙগ র' থরা ঙাঙননিঙচুনা লাকপনি।

ব্রজ – তাকপিয়ু ইপল ( রূপা অহল অনিদা হিদাক পীরম্নগা চঙখি )

কালা—( হিদাক থক্লা-থক্লা ) আঃ হোজক্কি থবক অসি খোক্ল-রবনিনা নহাকস্তু মূম্না থল্লু, মসিগী মরমদা মথরায় মুঙাই-তবদগী নকু অসিস্তু অঙাওবগুমলে, ইমুং অচুদা কনা লৈতে, নঙনা হেন্না খঙলিবনি, লুখরে ইচাশা, শেলনি থুমনি হায়-দুনা মচুৎ শিনবস্ত্র য়াবঃ নত্তেদো অচুনা হয়েং তুং ফাওবা থায়বুং থায়বুং তোদনবা নঙনা অঙাং হায়বচু খোকই অচুনা অহল ওইরবা মকু অসি নখোয়না কোন্দুনা পূম্না লৈমিন্নবা দুংশিনবসি ইপলনা পামই, মসিদা নহাক্কী পুক্লিদা করি থল্লি ( ব্রজ থুমদবা ) আঃ অসোমদা ঙাক লৈবগী য়াস্তু থনগন্নু, ইংখোল অসিস্তু মাঙদনবা হোৎনগদবনি, মসিদা মরু ওইনা, নখোয়গীদি লোইরে হায়বা য়ারেদো অচুগা নচল অসিমগীদি…মসিস্তু নঙগীদি লেঙত্রবনি, অচুমা ইপলমা হায়রিবসি নঙ মূম্না থল্লু।

ব্রজ—মসিদা ননাই এৈনা করিবু থঙজগদগে, ইপল খোয়না অস্থম ফগনি তাকপিবচু ননাইগীস্তু অকবনি।

কালা—ঐখোয়গী ইবুংঙোস্থ অশাওবা থাদোকপিদুনা হন্থবা অমুক্তা খন্থবিয়ু, অঙাং ঙাক্তনি, মাট্টকৈ অনিমক্তা ফগদবা মওংদা হায়জংনি, অশোমদস্থ য়ুং অদুদা কমা লৈতে, ইনাওত-নিদো অদুগা শোমদস্থ অঙাং ঙাক্তা মকোক মরু পান্দবা হায়জ্ঞু ভারে, মসি থোক্তনবা লৈকাইনা ইকাই খুম্নবা ইমুং অমা ওইনবা ইনাওনা অমুক্তা খন্থবিয়ু হুংশিনবনা পুম্নমক্কী অফবা ওইগদবা খল্লি অদুবু .........

সুবল—খঙেত্রে ঐগী বাখল.....হুরানবা থবগী খুজিন্দগী মরাল লৈতবা ইচাবু লেলদা পীখিবা, অদুগী খল্লুবদা ঐগী মাতপি থমকম লৈত্রবনি, অদুবু ভাখলনা অস্থম ফগনি ভাকপিবদু ঐ অমুক য়েৎলরোই, ইচাশিংগী ফরগা লোইরে, অদুগা মাঙদা থোক-খিবগীদমক ইশাব রারোগনু ইবুংঙো।

ব্রজ—নত্তে নত্তে ভাকপিরিবদু, পুম্নক বাখল থেনবা ঐগী ইরালনি, মদুগীদমক্তা ঐবু ঙাকপিয়ু।

সুবল—ওক্তে মথা অমুক ভারগনু, ঐনু মুম্না খঙলে, ঐনা বাখল থেনবদগী থোদোকপিং অদু......নত্তে ভাখল, সুপী ময়ুমদা লৈবা, য়াওং ইনবা ফজবা থবক নত্তে লৈকাই মমাংদা ইকাইকো ভাখল।

কলা—ভাকপিরিবা অদুবুদি অচুম্বনি অদুদা.......

সুবল—অদু অদা খঙদে ভাখল, করুবা থবক তৌব ফত্তে, অফবত্তা তৌগদবনি, অদুনা ঐগী লল-থুম লৌ-ইংখোল পুম্নমক ঙসিদগী হোনা ভায়েনজগী ওইখরে, হয়েং ওকিসতা

চত্তু না নামা ওনগনি, অতুগা ঐগী পুন্সিবা ব্রজ অনম্থং মণিনা য়োকপিবা, য়োককৈনা ভাধল?

কালা—ইবুংঙোগী ইশানি, অদুবু ইয়াম্বনা পাম্বদি পুন্নমক্তা মমাঙদা ভুপীমচাবু ইমুং অসিগী মো অমা ওইরে হায়বত্তু খঙহন-বিরম্বা পান্মী।

সুবল—চুমই ভাধল……মপুঃ কাদরি (হৌগত্তু না ইমুংদা য়েংলগা) ইবেম্মা ইপাগী নাক্তা লাও, ঙসি ইপানা নঙগী নথো মপুঃ কানা পাঙথোক্লয়গে, ব্রজ নঙগী অপোকপা মপামক্কি থন্দুনা ইপাবু থাদোকনুকো, (ব্রজ মরু লুকথবা সুবলনা মণিগী মথুৎ পায়রগা) ইপাগী ইবেম্মা নঙদি নর্‌ইবক থীবনগী, নঙবু পোকপী নমাগী মশক খঙহৌত্রবিনি, অদুনা হয়েংমুকী মপোক্তা পলেম নমাগী থোম্লাং থক্তুনা পলেমগী ভম্পাক্তা চাউজবা, নঙনা ইমা হায়না কোজবদা হাও হায়না পাউ-থুম্বদো তাবা কংনবা মন্নাইবক থীরবী নচল রুপাবু লুনা ভৌবিয়ু মমিত্তগী মপি তাহনগন্থু, নথোয় অনিমক্তা ইপাগী য়াথং ভাক্না চংলুকো। (অনিমক্তা মথুৎ শন্নবিবা অনিনা থুন্নমই, মকোক্তা-নানবা, অনিনা হৌগৎলকপদা রুপানা হন্নাওত্নবা ভুংলোমদা চঙদুনা অনিবু কোনশিল্লি)

বীহারি—(লৈ পয়েং অমা পুদুনা চঙলকই) ঙসিগী ভুংঙাইবা ভুমিৎ অসিদা ঐদি মরুপকৌদমক্তা করিন্নু পাংবা ঙমজদ্রে, অদুবু ঐগী লৈজবা অসিদদি হন্নাওনা ইচদ অমদি মরুপ্পা

লৌথিয়ুকো (অনিদা পুন্না লৈ হুকপা ত্রজনা লৈ অহু মর্দি
ওকশমদা থনম্নগা রূপাগী মথুৎ পায়হুনা)

ব্রজ—য়ামিন্নয়ন্নবা ৺রূপ এগী পুন্সি অদিদা শিংবা ওয়রোইবা
মচাকী লমল তোন্নবনি, অহুবু ওসিদি এগী ময়াইবক থীবা
ইচল অসে লাইরবগী খুদোল ওইনা মরূপকী নক
কচ্চরি, লৎনবিগদুকো মরূপ (বীহারিদা রূপাবু শিন্নব

মণি—রূপা!

রূপা—ইনম্মা। (রূপানা মথুৎ থাদোক্লুনা চেনশিন্নগা মণি
কোয়বা)

## লোইরবা

